# তৌবীমল উচ্চবা

পাওজত্রবা ঐগী মতিক চাত্রবা 'অঙাংগী রামায়ণ' মচা অসিবু ক্লাস সেভেনগী Rapid Reader ওইনা লৌশিনবীবা উবদা কর্তৃপক্ষবু ওমথৈ নৈতনা পেনজবা ক্ষোংদোকচরি। ইতি—



পেনজয়বা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

তাং ৫।১।৬৬ ইং

# শ্রীনেহরুগী অরোইবা উইল

ভারতকী প্রজাশিংগী মুংশিবা অসি ঐহাক্না অমুক য়াম্না ফংজখ্রে মতমদি ঐনা তৌজবা পুন্না মতমগী শরুক থরত ফাওবা শিংবা ঙমরোই। অশেংবসু মুংশিবগুম্বা অমুক ঙাওলবা পোৎশকসিগী লমলা শিংবা হায়বসিসু ওইথোক্তবনি। মী কয়াবু থাগৎনরি, থবরবুনা ভক্তি তৌরি, অদুবু ভারতবাসী কাংলুপ খুদিংনা ঐঙোন্দা অমুক য়াম্না মুংশিব: পীনবিরকখ্রে। ঐহাক হায়কম থঙজদ্রে। ঐনা কোংদোকপা ঙম্বা হায়ববু ঐহাক্না আশা তৌরি—ঐনা হিংলিঙৈ চহি থর অসিদা ঐহাকী জাতিগী অমসুং ভারতবাসীশিংগী মুংশিবগী মতিক চাদবা হায়বদু ওইরক্তবা ওইসনু।

ঐহাকী মশীং থিঙমদ্রবা মরুপ মপাংশিংদা অমসুং থবক তৌমিন্নবশিংদা হেন্না তৌবীমল থগুবগী লমলা অমসু তৌরি। চাউরবা থৌদাং কয়াদা ঐখোয় কন্না তৌমিন্নরি অমসুং মখোয়মদুগা কোন্নবা মায়পাকপা অমসুং অরাবা শরুক মখোয়সু ঙাইকদনা য়ামিন্নরি।

ঐহাক্না য়াম্নমক থরায় য়াওনা হায়দোক্লিংলি মতুদি ঐনা শিরবা তুংদা ঐগীদমক্তি হায়দুনা ধর্ম্মগী উৎসব অমত্তা পাঙথোকপীরকনু। ঐহাক ধর্ম্মগী উৎসবতা বিশ্বাস নৈতে। অদুগা মপানগীনি হায়দুনা মখোয়মদুবু য়াবসু তৌশিন্নবা অমসুং ঐখোয় ইশাবু অমসুং অতৈবুসু নমথাক তৌবা ঙাগনি।

ঐনা শিরবা তুংদা, হকচাংসিদি সংস্কার তৌহন্নিংই। মীরৈবাক্তা শিবা থোক্লবদি মফমদুদা হকচাংসি সংস্কার তৌবিয়ু অমসুং

লেমহৌবা উৎতুনা এলাহাবাদতা পুবীরকউ। উৎশিংসিগী খুজোক অমনা গঙ্গাদা থাদবীয়ু অদুগা লেমহৌরিবদুগী অয়াম্বা শরুক্তা মথাগী অশুম্না য়েম্বোকপীয়ু। করিগুম্বা শরুক অমত্তা মাভদনবা থম্বীগন্থ।

ঐহাক্কী উৎকী খুজোক অমনা গঙ্গাদা থাদহন্নিংলিবসি ঐহাক্কীদমকত্তদি থোইদোকপা ধর্ম্মগী অর্থ লৈতে। মসিদা ঐহাক্কী ধর্ম্মগী রাকম করিমত্তা য়াওদে। অত্তাং ওইরিবৈদগী হৌনা গঙ্গা অমস্তুং যমুনাবু ঐহাক্না য়াম্না নুংশিজৈ। ঐহাক্না চাউখৎলকপগা লোয়না লোয়নননা নুংশিবসিস্থ হেন্নৎলকই।

খতুনা ওল্লকপগী তুংইয়না ঐহাক্না মবানিগী ওল্লকপা শককমন্থ য়েংজরি অদুগা তত্তনা থম্নুই—মখোয়গা লোয়নরবা ইতিহাস, ৱারি অমস্তুং থাজনবা কয়া, ঈশৈ অমস্তুং থৌদোক কয়া অমস্তুং মখোয়গী ঊচেলগা অমত্তা ওইশিনখ্রবা ময়ামসিগী মরমদা।

থোইদোক্নস্থ গঙ্গা হায়বসিদি ভারতকী তুরেল হায়দুবনি। ভারতবাসীশিংনা নুংশিজরবা, মহাক্কা লোয়নননা জাতিগী মিংচৎ কয়া তিনখ্রবা, ভারতকী আশা অমস্তুং চিংনবা, জয় ওইবগী ঈশৈ, মায়পাকপা কয়া অমস্তুং মায়থীবা কয়াগা অমত্তা ওইনা পুনশিনখ্রবা। মহাক্কি ভারতকী লিরবা সংস্কৃতি অমস্তুং সভ্যতাগী প্রতিক ওইরিবা—অরেপ্পা লৈতনা হোংলিবা, পোৎথাবা নাইদনা চেল্লিবা অদুগা গঙ্গা হায়বদুদি অদুমক ওইদুনা লৈরিবা।

মহাক্না, ঐহাক্না ওম্বোক্না নুংশিজরবা উন্না কুপ্পবা হিমালয়গী চীংদোলশিং অমস্তুং লুরবা তম্পাক কয়াবু নীংশিংহল্লি। অদুগা ঐহাক্কী পুল্লি অমস্তুং থবক্কী মকম ওইরবা মগুণ চেন্নবা অমস্তুং

পাক্লবা ভমগী লমদমবুস্থ নীংশিংহল্লি। অমুকী মুংশাদা মোমোন নোক্লা জগোয় শারি; অহিং ম্নোরকপদা মুশিল্লি, মকশিল্লি অমস্থং থওদবগী শকক্ম লৌরকই। নিংথমথাদনা খুজিল্লবা, ভপ্পবা অমস্থং শাজং হৈব্ববী তুরেল মচা, অহুগা নোংজুম্বাগী মতমদনা চাউরবা লংলবা সমক্রগুম্না পাক্লবা ঈপাকী মশক অমস্থং সমক্রগী মাওহনবগী শক্তিগী শককমগা লোয়নবা। অসিগুম্বা গঙ্গা তুরেল অসি ঐভোন্দদি ভারতকী হৌখ্রবা মশকী প্রতিক অমনি; নীংশিংবা অমনি—হৌজিকী মতমদনা চেল্লিবা অমস্থং তুংগী পাক্লবা সমক্র তম্না চেনশিল্লিবা।

অহুগা ঐহাক্লা থায়নগী চংনবী অমস্থং ঐভিন্থ কয়াবু থাদোক্লবস্থ অমস্থং মহাকপু ফাজিল্লিবা অমস্থং পুনশিল্লিবা অমস্থং মহাকী মচাশিংবু ভোথাই ভাহল্লিবা অমস্থং নমথহললিবা অমস্থং হকচাং অমস্থং আত্মাগী মপুং ফাবা বিকাশপু থিংহুনা থমলিবা ম্নোহ্নিংশিংহুদগী ভারতবু নাম্মোকহনবা পামজরবস্থ—হৌখ্রবগী মশক্তগী ইশাৰকপু পুমভোক ভোকহনথিবস্থ পামজদে।

হৌখ্রবা অমস্থং ওইরিবা সংস্কৃতিগী দমক ঐহাক চাউথোকচৈ অহুগা ঐহাক ইশামকস্থ অতৈগা মান্নবা, থদংপা ম্নাত্রবা নিংশিংবা থোকত্রবা মৈহোরোলগী ভারতকী থায়নগী শকক্ম অহু ম্নোরিবা মরী অহুগী মমুংদা ম্নাওরি হায়রবসিস্থ খওজৈ। মরী অহুদি ঐহাক থদংচনিংদে। মরমদি ঐহাক মহুদগী ফংজরি পেজবা অমস্থং উৎসাহ। অহুনা অসিগুম্বা নীংজবা অসিগী সাক্ষি ওইনা অমস্থং ভারতকী সংস্কৃতিগী ঈচেলসিদা ঐহাকী অরোইবা শ্রদ্ধাঞ্জলি ওইনা ঐনা অসিমক হায়জরি—ঐগী উংকী থুবাম অমদি

এলাহাবাদকী গঙ্গা তুরেলদা থাদবীয়, মতুনা ভারতকী সীমাবু চামথোক্লিবা পাক্লবা সাগরদা তিনথিনবা।

ঐহাকী উৎশিংগী অয়াম্বা শরুক্তি অম্বম হায়না ভৌবিয়। উৎশিংদু এরোপ্লেন অমদা রাংনা মথক্তা পুথৎহনবীয় অমস্তুং মতুদগী ভারতকী লৌমীশিংনা থবক শুজরিবা লৌবুকশিংদা চাইথোকপীয়। মতুনা ভারতকী উফুলগা অমস্তুং লৈবাক্তা অমতা ওইনা তিন্নথিনবা অমস্তুং ভারতকী থাদোক্লবা য়াত্রবা শরুক অমা ওনথিনবা।

অধ্যাপক—এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
এম, এ না মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা।

# অঙাংগী রামায়ণ

## রামায়ণ লেংবা হৌবা

ত্রেতা যুগকী রানি। মতম্ অসিদা পোকৃথিবা রত্নাকর কৌবা ডাকু অমনা নারদ অমসুং ব্রহ্মাগী থৌজান্দগী রাম নিঙ্থুনা মমৈদা বাল্মীকি মুনি ওন্থি। মহাক্না ইহান্ হান্বা শ্লোক্ শেম্থি। পৃথিবীদা ফাওরবা "রামায়ণ" কৌবা লাইরিক্ অসি মহাক্না ইথিবনি। মহাক্না নোংমা তুরেন্দা ইক্ষজনবা লাকৃথি। মহাক্না উথি, উশা অমদা উচেক্ অনিথক্ তোংমিন্নরি। মিংকুপ্ শরগী মতুংদদি ওন্থোকৃপনি। উচেক্ অমদি তেন্না থাদুনা মথন্নায় রানা খোংলম্লগা মথাদা তারক্লে। লৈহৌরিবা অমা অদুসু অকিবা খোজেন্না খোংলক্লে। মুনিনা থঙলে, নুংশি হৈত্রবা শাতানবা অমনা হাংপনি। উচেক্কী মতৌ য়েংবদা মথন্নায় য়াম্না শোক্লে। শাতানবা অদুবু ঙম্থৈ লৈতনা শাউরক্লে। অশুন্না অন্নাবা অশাউবা য়ান্নদুনা মানা শাতানববু চৈরক্লে। মাগী মীচৈ অদু তারগা মথন্তা ঙক্খ্রে। মরম্দি মাগী রাহৈশিং অদু ওন্থোক্না ফজবা শৈরেং ডাক্তা ওইথিবনা তাবন্না পূন্থিত্ থুনবা ওইখ্রে।



মতাং অসিদগী মহাত্মা শ্লোক শেম্বা হৌরক্লে। মথংদা নারদ লাক্লুনা রামগী ৱারী হৈনবা তাক্পিরম্লে। অসুম্বা ঋষি বাল্মীকিনা তপোবনদা লৈদুনা রামায়ণ মহাকাব্য লেংখি।

### বাহং

১। বাল্মীকি কনানো, মহাক অহানবদা করি ওইরম্মী ?

২। মহাক্না শ্লোক শেম্বা হৌখিবগী মরমদা করি থঙ্ই ?

৩। বাল্মীকিনা করি করি থবক তৌরম্মী ?

---

## সূর্য্যবংশ

নোংমদোন্ থক্তা থোকৃলিবা মুমিংপু সূর্য্য কৌই। হিন্দু-শিংনা মুমিং অসিবু লাইনি হায়নৈ।

সূর্য্যাগী মচানিপা বৈবস্বত মনুগী মচা মশূমথৈবু মীওইবা হায়না থঙ্নখ্রবস্ন মাগী মচা অহন্দগী শমূথরক্পা নিংথৌরোন্ অদুবুদি সূর্য্য-বংশ ( মুমিংকী শাগৈ ) হায়না তোপ্পা থঙনৈ। হায়রিবা সূর্য্যবংশ অসি অস্নুপ্‌কী মতিক্ মতিক্-মগুণ চাউরম্মী মহুদি—লাইমক্‌পু মথোয়না হেক্ হেক্ অরাবদগী কন্‌বীখি।

থ্‌ায়দগী হান্‌বা মমিং চৎপা নিংথৌদি কাকুৎস্থনি। শোরা-রেন্‌বু, হিংচাবনা ওৎপা থাঙ্‌বা ডমৃত্রবদা নিংথৌ অসিনা অরাবা কোক্‌হন্‌বীখি। শোরারেন্ মশামক্তা যণলাবা অমা ওইরগা মাগী শাদোং ওইনখি। সংস্কৃততা যণ মরুস্ন ‘ককুৎ’ কৌই। মরুমদা তোংহুনা লান শোক্লখিবদগী মমিং ‘কাকুৎস্থ’ কৌখিবনি।

মথংদা লাকপা অকনবা নিংথৌদি ‘মান্ধাতা’নি। নিংথৌ অসিগী মপোক্তি অঙকপনি। মাগী মমা লৈতে। মপাগী মকৈ কাওদোক্লুনা পোকখিবনি। ইন্দ্রনা মখুত্তা অমৃত তৈরগা চুপহন্দুনা



নঙ্‌, স্বর্গদা কারকপা যায়ো[illegible] কুমথথো।

অভাং অসিবু য়োকৃথি। মরম অতুদগী মপা লৈতনা কন্দুনা পৃথিবী পুম্বা জয় তৌথি। )

( মাগী মথংগী অফাওবা নিংথৌদি ত্রিশঙ্কুনি। মহাক্না চঙ্‌না স্বর্গ কাগে থন্দুনা যজ্ঞ তৌথি। বিশ্বামিত্র মুনিনা পুরোহিতনি। বিশ্বামিত্রগী মন্ত্রশক্তিনা ত্রিশঙ্কুবু স্বর্গদা চঙ্‌নঃ চঙ্‌না থাগৎলকৃলে। থৌদৌ অসি উবদা শোরারেনগী শাউবা থেংলে। মানা হায়-রকৃই—"নঙ, স্বর্গদা কারকপা য়াবোই, কুমথথো", শোরারেনগী য়াথংনা ত্রিশঙ্কু অদু অমুক্ হাইথরকৃলে। মদু উবদা বিশ্বামিত্রনা শাউহুনা হায়রকৃই—"অদুমক্ লৈয়ু, ঐনা হায়রি—হেম্বরকৃপা য়াদে।"

লাইগী য়াথংসু অরেম্বা ওইবা য়াদে, ঋষিনা হায়বসু শোয়বা য়াদে। মরম্ অদুনা নিংথৌ ত্রিশঙ্কু অদু মরক্তা অদুমক্ লৈখ্রে। বিশ্বামিত্রনা মাগীদমক্ তোডানবা সৌরজগৎ অমা শেমহুনা লৈহনখি।

হুজিক ঋষি বিশ্বামিত্র অসিনা অসুক্ শক্তি চাউথিবসিগী মরম্ থয়দং খঙ্‌নবা হোৎনসি। য়ারী তারগা, মী ওইবনা হোৎনরবদা ফংলোইদবা লৈতে হায়বসি খঙ্‌গনি।

মতম্ অমদা কনৌজগী নিংথৌ বিশ্বামিত্রনা বশিষ্ঠগী আশ্রমদা লাকৃথি। মাগা লোয়নবা লান্মীসু য়াম্না য়াওরকৃথি। তপোবনদা লৈবা লাইনিঙ্‌বা বশিষ্ঠনা ভাইহাক্তংগী মনুংদা নিংথৌ অমসুং লান্মী পুম্নমকপু নিঙ্থিনা পীজ পীথক্ তৌরকৃলে। অহনবা ফজবা মফি মরোল ফাওবা মীপুম্ থুদিংগী য়েনখ্রে। বিশ্বামিত্র পুমঙক ঙকৃখ্রে। লায়রবা ব্রাহ্মণ অসিনা অসুক য়াম্না তৌবা ঙম্নবসি করিননো? থিনরুবদা খঙ্‌লে, 'শবলা' কৌবী মুনিগী ষণবী অমা লৈ। ষণবী

অসি খোকৃউ হায়বদা খোকৃই। মাগী মপান্না বশিষ্ঠন অমুক্ ফজনা পীজ পীথক্ তৌরিবনি। বিশ্বামিত্রনা যণ অহু পাম্বনা লোইরে। অদুবু বশিষ্ঠনদি পীয়্ হায়বা য়াদ্রে।

বিশ্বামিত্রনা নম্‌তুনা চিংগে তৌরুরে। শবলাগী মশাদগী লাম্মী মপৈ মপৈ লোইবা নাইদনা চোংথোরক্লে। বিশ্বামিত্র মায়থীতুনা হনখ্রে। মথরায় মুংঙাইততুনা বিশ্বামিত্রনা মহাদেব নিঙ্‌খ্রে। মহাদেবনা পেন্নতুনা বিশ্বামিত্রদা থুংলাই য়াম্না পীবিখ্রে। বিশ্বামিত্রনা হয়াউনা বশিষ্ঠগা লান তৌনবা অমুক লাকৃপদা বশিষ্ঠনা মাগী 'ব্রহ্মদণ্ড' না হাইবদা বিশ্বামিত্রগী লাম্মী অমত্তসু হাইজিন্‌বা ডম্‌থিদ্রে। থুংলাই অমত্তা চঙ্‌থিদ্রে।

বিশ্বামিত্র ডসিদি জ্ঞান তারক্লে। ব্রাহ্মণগী মফমদা ক্ষেত্রিমচাগী তৌবঙম্বনা করিসু কায়দে। খুদক্তা মাগী মরৈপাক্, মরল মথুম্ থাদোক্তুনা লাইনিঙ্‌বা চংখ্রে। অকন্‌বা লাইনিঙ্‌না মাগী অপাম্বা লৈথিদ্রে। নাপল্ মাঙ্‌খ্রে অমসুং অশাউবা কোকৃখ্রে। মহাক্ 'রাজর্ষি' হায়বা মিংথোল অহু ফংলে। অসিমক্তদসু মহাক্না পেদ্রে— 'ব্রহ্মর্ষি' ফংনবা অমুক্ কন্না লাইনিঙ্‌খ্রে।

মাবু চাং য়েংনবা নোংমা ভগবান্‌না মাগী য়েক্লবা বশিষ্ঠ শাদুনা লাকৃলে। বিশ্বামিত্রনা য়েক্লবা রাথল থাদোক্তুনা বশিষ্ঠগী মথোঙ হাম্‌দোকৃলে। বশিষ্ঠবু কম্‌হল্লম্নগা মানা শঙ্গোমক্ষীর হৌবা চঙ্‌খ্রে। মরক্ অসিদা ভগবান্‌না মুনি অতৈনা পীজবা পোৎ চারিবৈদা বিশ্বামিত্রনা ক্ষীর পুদুনা লাকৃলে। ভগবান্‌না হায়রকৃই— "নহাক্না কুইমন্‌বদগী ঐদি লামতুনা চাথোক্লুরে, ঙাইহাক্তং অহুম্ পামতুনা লৈরম্‌থে। ঐ থুনা হল্লকে।" অসি হায়তুনা ভগবান লেঙ্‌খ্রে।

বিশ্বামিত্রনা পৃথম্ অদূ পায়তুনা অতুম্মক লৈরে—ভগবান্দি হল্লক্লে। বিশ্বামিত্রনা থল্লকই—"ঐনা মতোন্দা লভ্‌জখিবা দোষশিং অতুনা ঐগী সেবা লৌবিনিভ্‌ত্রমাল্লে।" বিশ্বামিত্রগী মমিত্তা মপি চদূম্ চদূম্ তারকপে। মতম্ য়াম্না কুইরগা হায়বদি মুমিং মথৌং য় ম্না হৌখ্রগা বশিষ্ঠ শাতুনা ভগবান্ অমুক লেভ্‌লকলে। বিশ্বামিত্র অতুম্মক্ লেপ্‌লম্লি। পেন্‌থিরতুনা ভগবান্‌না মাগী ক্ষীর অতু হাবিখ্রে অতুগা "ব্রহ্মর্ষি" হায়না কৌবিরম্লে।

বশিষ্ঠনসু মাগী দোষ পূম্নমক্ কোক্‌পিতুনা মরূপ্ ওইনা কোন্‌থৌখ্রে।

অসুম্না ক্ষেত্রি নিংথৌ বিশ্বামিত্রনা হোৎনবগী মগুণনা ব্রহ্মর্ষি ওইতুনা ত্রিশঙ্কুবু চভ্‌না স্বর্গদা থাগংখি।

মথংগী অকাওবা নিংথৌদি হরিশ্চন্দ্রনি। মপাম্বোম্ পাঙ্গন্‌না হরিশ্চন্দ্রনা পৃথিবী জয় তৌখি। কন্‌বগী মতিক্ নাপল্ থরম্ম চেন্‌থি। নাপল্ অসিগী দমক্ মহাক্ য়াম্না অরাবা ফংখি। তারবদি থম্মোই শোক্‌ই। হরিশ্চন্দ্রনা মতোন্দা নিক্রবদা পীদনা তোক্‌পা লৈতে। মতম্ অমদা বিশ্বামিত্রনা মাবু চাং য়েংগে থন্দুনা লাক্‌থি। হরিশ্চন্দ্রনা বিশ্বামিত্রবু মাগী অপাম্বা করিনো হংলক্‌ই। বিশ্বামিত্রনা হায়রক্‌ই "সমুদ্রগা লোয়ননা পৃথিবী অপুম্ববু পাম্মী।"

হরিশ্চন্দ্রনা হৌনবা তৌতুনা বিশ্বামিত্রদা পৃথিবী পূম্নমক্ কত্থোকলে। বিশ্বামিত্রনা হায়রক্‌ই—"মহারাজ মঙ্গল্ ওইয়ু। দান্ তৌরবদি দক্ষিণা য়াওবা হৌনৈ। মতিক্ চাবা দক্ষিণা পীয়ু।"

হরিশ্চন্দ্রনা মনাইশিংদা সনা মোহর লৌশিভ্‌ অমা পুথোরক্কবা য়াথং পীখি। বিশ্বামিত্রনা হায়রক্‌ই—"তপ্‌থথো হে নিংথৌ।"

নঙগী নপোৎ নরল্ পুন্নমক্তি ঐঙোন্দা কৎখ্রবনি। মতু হুজিক্ ঐগী ওইরবনি। নঙগী নরল্ য়াওদ্রে। অমদগী থিতুনা দক্ষিণা পীয়ু।"

হরিশ্চন্দ্র পুমঙক্ ভকুখ্রে, রা ভাঙ্বা থোকুখিদ্রে।

পাউ অসি তাবদা মী খুদিঙমক্ হ-হাকার লাউনখ্রে। বিশ্বামিত্রগী মখোঙ্ কোন্দুনা হায়জবদসু য়াবিখিদ্রে। হুজিক হরিশ্চন্দ্র করিসু লৈত্রে—করিনা দক্ষিণা কৎকনি। বিশ্বামিত্রনা হায়রকুই—"মহারাজ হুজিক্তি নুপী অঙাং পুদুনা চৎখ্রো, কোনুংদি ঐগীনি। পৃথিবীগী রাংমদা লৈফম্ থিখ্রো। দক্ষিণাদি হুজীকমক্ পাম্মী।"

হরিশ্চন্দ্রনা হায়রকুই—"মুনি! ঙমিৎ তরেৎনিদংদি ঙাইবিথো।" অসি হায়রগা পণ্ডিতশিংনা তাকুপিবা মতুংইন্না কাশীদি পৃথিবীগী মনুং চন্দে হায়তুন মতুদ লৈনবা চৎখ্রে। শৈব্যা মহারাণী অতুগা মচানিপা রোহিতাশ্বসু লোয়নখ্রে। কাশী য়োরগা মতু মচাবু ব্রাহ্মণ অমদা য়োম্থোক্লগা মশাবুনা চণ্ডাল অমদা য়োম্থোকুনা বিশ্বামিত্রগী দক্ষিণা তৌনখ্রে।

হুজিক্ মহাক্ মতু-মচা কায়নরে। মখোয় অতুম্মক্ হুজীক্ মীগী মীনাইনি। অসিমক্তুদসু বিশ্বামিত্রগী চাংয়েং লোইখিদে। নোংমদি রোহিতাশ্ববু লিন্না চিক্লে, খুদক্তা অতুম্মক্ শিরে। মপুরোয়বা কায়নবগী রারবী শৈব্যানা মচা শিবগী মৈচাক্ অমুক থাঙবা তাশিন্নকুলে। ব্রাহ্মণ অদুনসু পোৎলোইনবা শেল পীবিদ্রে। মরম অদুনা শৈব্যানা অশিবা মচা পুরকুলে। হরিশ্চন্দ্রনা অশিবা পোৎলোইরিবা মফম্ অদুদা লাক্লে। মখোয় অনিমক্ মশক খঙনদ্রে। মরমদি মতম্, অতু নোং মংবা অহিংনি। হরিশ্চন্দ্রনা শেল্ পীত্রবদি ঙমলোই হায়রকুলে। গতি লৈত্রবী শৈব্যানা

মপুরোয়বা কোত্নবা কপ্লক্লে। খুদক্ অহৃদা নোংথাঙ্ কৃপ্লকপদা মখোয় অনিমক্ উনখ্রে। হরিশ্চন্দ্রনা মচাবু কোন্দুনা লোইবা নাইদনা কপ্খ্রে।

মখোয় অনিমক্ মচাগা শোয়ননা শিমিন্নরশি হায়না লেপ্লরে। যজ্ঞগী শীং শেম্লে। শৈব্যানা মচা কোন্দুনা শীংথক্তা ফমখ্রে। হরিশ্চন্দ্রনা মৈ চুরগে হেক্ তৌবদা ধর্ম্মগা বিশ্বামিত্রগা লাক্লুনা থাল্লার। মখোয়না রোহিতাশ্বব অমুক্ হিংগৎহল্লে। মখোয় মখোয়বু লোইরিবা মপুশিং শত্রুনস্মু মখোয়বু মিনাই কোক্পিরে। বিশ্বামিত্র-নস্মু মরৈবাক্ পুন্নমক্ অমুক্ হন্থোরম্লে। অরাবগী মতুংদা সুংঙাইবা অমুক্ লাক্লে।

মীওইবনা মশান তৌবা অফবা থবক্ শীংথানিঙ্বদি মহৌশানি। হরিশ্চন্দ্রনা জীব পানবা অতৈস্মু পুত্নবা স্বর্গ কাখিবদা, ইন্দ্রনস্মু মাবু থিংবা ঙম্খিদে। অদুবু নারদনা হংবা পাউখুম্দা মহাক্না, মানা তৌখিবা পুণ্যগী থবক্শিং অহ্ মথং মথং তম্থোক্লুবদগী অস্নুম্ অস্নুম্ অমুক্ তাথরক্খি। নারদগী মতাং খঙ্লক্পদগীদি মহাক্না অমুক্ খুম্খিদ্রে। অস্নুম্ তৌনা মগুণ শীংথাক্লবদগী কুম্থরক্লুনা লম্থাঙ্দা লৈবা তাখি।

শাগৈ অসিগী অফাওবা ভগীরথ কৌবা অমনা গঙ্গাবু পৃথিবীদা পুথরক্খি ভগীরথনা পুথরক্পনি হায়দুনা গঙ্গাবু "ভাগীরথী" হায়নস্মু খঙৈ।

হরিশ্চন্দ্রগী মশূনিপা সগর কৌবা নিংথৌগী মচা লীশীংহুম্ফ্ থক্ পোক্খি। মচাশিং অসি ঙম্নমক্ কন্বা থৌবা ঙাক্তনি। সগরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমা তৌখি। যজ্ঞগী শগোল্ ঙাক্লবা মচা ময়াম্ অসি

থাথি। মখোয়না অয়াম্বা লৈবাক্ জয় তৌশিল্লক্লবদা শোরারেম্না মাগী মক্তম্ মুনথিবা তারে হায়না কিরক্লে। মহাক্না শগোল অদু হুরগা কপিল মুনিগী মনাক্তা থম্লুরে। মখোয়না অস্নুম্ থিরক্পদা মুনিগী মনাক্তা শগোল্ লৈরম্বা থেংনখি। মুনিনা হুরাল্লিবনি খন্দুনা মাবু হাংকে তৌক্লরে। ধ্যান কায়রবা মুনিনা শাউদুনা য়েংলকপদা মখোয় পুম্নমক্ উং ওইখ্রে।

পাউ তাবদা রারবা সগরনা মশূনিপা 'অংশুমানবু' থারক্লে। মানা কপ্পুনা হায়জবদা মুনিনা তাক্পীরক্ই। গঙ্গাগী ঈশিংনা শোক্লবদি মখোয় পুম্নমক লানগনি। গঙ্গা হায়বসিগী রারীদি অস্নুম্ তৌই—ব্রহ্মাগা বিষ্ণুগা নোংমা মহাদেবগী ঈশৈ তাথি। ঈশৈ নুংশিমনখ্রদুনা বিষ্ণুগী মশা অদু অস্নুম্ পেত্থরক্লুনা মহী চেম্থোক্খি। ব্রহ্মানা মদু কমণ্ডলুদা শোক্চিন্দুনা থম্হৌই। ঈশিং অদুবুনি গঙ্গা হায়রিবসি।

অংশুমাননা গঙ্গা পুরক্পা ঙম্দ্রে। মাগী মচানিপা ভগীরথতি পীক্লিডৈদগী য়াম্না লাই নিঙ্লক্ই। মহাক্না রানা তপ তৌরবদা ব্রহ্মানা চানবীদুনা গঙ্গা পীবিগে হায়রে, অদুবু কমণ্ডলুদগী হৈথরক্পদা অকনবা শাফু অদু কারনা থংকান? ব্রহ্মানা তাক্পিদুনা ভগীরথনা মহাদেব অমুক নিঙলে। মহাদেবনা পেনবিদুনা গঙ্গাবু মাগী জটাদা ভাহন্দুনা ওৎপিরে। জটাদগী অমুক হিমালয়দা তারক্লুনা মথং মথং হরিদ্বাররোমদা চেল্লক্লে। অস্নুম তৌদুনা ভগীরথনা মপা মপু পুম্নমকপু লাল্হনখি। মতম্ অদুদগী হৌদুনা গঙ্গানা পৃথিবীদা চেন্দুনা ঐখোয়গী ভারতবর্ষ অসিবু অশেংবা তীর্থ অমা ওইহনখি।

### ৱাহং

১। কাকুস্থ অমস্তুং মান্ধাতাগী মরমদা অথওবা হায়য়ু।

২। ত্রিশঙ্কু কনানো ? মহাক্না স্বর্গ কাবগী মরমদা করি খণ্ডই হায়য়ু।

৩। বিশ্বামিত্রগী মরমদা অথওবা ৱারী পীয়ু।

৪। হরিশ্চন্দ্রনা মশাগী ধর্ম্ম করম্না ঙাকখি ? মতু ঙাক্নবা হোৎনবদা মানা করম্বা অৱাবা মায়োক্নখি ?

৫। ভগীরথনা গঙ্গা পুরকখিবগী মরম করিনো ?

৬। গঙ্গাগী হৌরকফম হায়য়ু।

---

## রাম পোকপা

অযোধ্যাগী নিংথৌ দশরথ য়াম্না কন্ থৌরম্মী। মপাগী মমিং ‘অজ’ কৌই। মপানিংথৌগুম মহাক্সু লাইশিংগী মতেং কয়ারক্ পাংখি—হিংচাবা কয়া কয়া লান্দা মায়থোবা পীখি। মাগী মতম্দা অযোধ্যা অসি অনিশুবা স্বর্গগুম নুংঙাইরম্মী। অৱাৎপা মশক্ খঙলমদে, মী পুম্নমক পূক্নিং লৈতানা পান্নরম্মী। অম্রক্ চাউবা নিংথৌ অসিগীসু অৱাৎপা অমদি লৈরম্মী। মহাক্ মমিত্তা মচা উরমদে।

মাগী রাণী অহুম লৈ—কৌশল্যা, কৈকেয়ী অমস্তুং সুমিত্রা। বশিষ্ঠনা মাগী শাগৈগী গুরুনি। মাগী পাউতাক্ লৌদুনা মচা পোক্নবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমা তৌখি। ঋষ্যশৃঙ্গ মুনিনা পুরোহিত ওইখি।

অসিগুম্বা মীনা ওয়ন্দ্রবা যঙ্গ অসি চহি অমা চুপ্পা তৌথি। যঙ্গ লোইরম্দাইদা মৈ কৌবা লাইনা মশক্ পান্না মৈরক্তগী থোক্লকখি। মহাক্না দশরথতা হায়রকই "মহারাজ! ব্রহ্মানা পেল্লত্নুনা নঙগী নফম্দা চরু (শঙ্গোমন থোংবা চাক্) থরা পীরক্লি। নঙ্গী রাণীশিংদা পীজো। অসি হায়তুনা পৃথম অমা পীরম্লগা মুর্ত্তি অদু মাঙখ্রে।

মতৌ অসিদা মী পুম্নমক্ ঙকপগা হরাউবগা য়ান্নখ্রে। দশরথনা রাণী অহুম্মক্তা চরু অদু পীজখ্রে। লাইগী নোংদম্ অঙকপনি। মতম্ থরগী মমুংদা থঙনরক্লে রাণী অহুম্মক্ মশা ব্রাই শংনত্রে। হরাউজরবা দশরথনা পাম্মুবা নৈতনা সনা লুপা দান তৌরক্লে।

কুইদ্রে। রাণী অহুম্মক্ থংনা থংননা মচানিপা মরিথক্ পোক্লরে— কৌশল্যানা পোকপনা রাম, কৈকেয়ীগী মচানা ভরত অদুগা অতোপ্পী সুমিত্রানা পোকপনা লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ন কৌই। মহৈ মশিন তম্বা মতম্ য়োরক্লত্নুনা নিংথৌ মচা মরিমক্ বশিষ্ঠদা শিন্নবে। বশিষ্ঠনা ভাকপি তম্বীবা হৌরক্লে। মচীন্মনাউ মরিমক্ মতিক চানা মহৈ পুম্নমক্ হৈনরক্লে। মচাশিংগী মতৌ য়েংজবদা দশরথ মহারাজনা ইন্দ্রদগীসু হেল্লি থগ্গরে।

অসুম্না মহৈ মশিন তম্বা লোইশিল্লক্লবদা রাম পাথং ফারক্লে। রামগী ফজবা মশক, থাগুম্না ঈংবা মতৌ, কনুবা থোবদা ইন্দ্র— দশরথকী পেঙ্গবা লোইরে। মচীন্মনাউ অতৈসু রামগুম্না চাউরক্লে। মথোয় মরিমক্ লুনা তিন্নৈ। মনাউশিংনা রামবু ল'ইগুম্না নিঙই— মাগী য়াথং ইল্লি অমসুং মুংশিজৈ। প্রজা অপৃম্বগী মচীন্দা রামগী

শুণতমক্ শোন্নখ্রে। অমুক্ করি হায়গনি --রামগী মশুণদা পোক্কবী মমা মথৈস্থ শুক্ষংখি।

অদুবু মুংঙাইবা অদূ কুইরম্‌দে। নোংমা দশরথনা দরবার ভোরিবৈঙদা খঙ্‌হৌদনা বিশ্বামিত্র মুনি চঙলক্‌খি। দশরথনা সিংহা-সন্দগী কুম্‌থদুনা মুনিগী মখোঙ শোন্না খুরুম্‌লে। নিঙ্‌থিনা সেবা ভৌদুনা পেলহল্লগা মখুৎ লোন্নদুনা হংলকৃই—"ননাই ঐবু করম্বা সেবা ফংজৌ হায়বগে?"

বিশ্বামিত্রবু কিদবা মী তাইবঙ্‌পানবদা লৈতে। মরম্ অদুনা অদুক্ চাউবা সভ অদু চেক মোক্ লাউখিদে। পুম্নমক্ক খন্নে—"করি খোক্লগবা, করি হায়রক্কবা!"

বিশ্বামিত্রগী তপ্‌কী মপাঙ্গল্ অঙকৃপনি অদুগা শাউগনৃবস্থ অকিবগী মশক্কি। মরম্ অদুনা মশক্কা উবদা মী পুম্নমক্ হেক্কা মিপাইনৈ। শাগৈ অসিগী নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রগী দশা অদু মথং মথং তানরকপনা দশরথ মহারাজস্থ থম্মোই নৌক্রম্‌ই। অদুবু ওকিবা মশক্ থঙলক্কবা দশরথনি। হংলকৃই, 'মুনিগী করম্বা য়াথং—?"

মহাকপু তরাম তরাম ভৌরম্বদা হরাউদুনা মুনিনা আসন্দা ফম্নগা সভাদা ফম্‌লিবা মী পুম্নমক্‌পু লৈদুনা য়েংলকই। মাগী মমিৎনা য়েংলকৃপদা মিৎয়েং মপা খোক্ল্‌বা মী অদুনা উৎ ওইরগদবগুম থনৃখি। মাবু অম্ভুক্ কিনরম্মী।

বিশ্বামিত্রনা নিংথৌ দশরথপু আশীর্ব্বাদ পীরগা হায়রকৃই। "মহারাজ! কনৃবদ, খোবদা অমদি দান ধর্ম্মদা মীগা মান্নরক্কবা নিংথৌরেনশিং অদুগী মচা মশূনি। ঐগী অপাম্বা অমা লৈদুনা লাকৃপনি। নজাইবুংডো রাম অসি মতম্‌ খরদং ঐ পুরুগে।"

খুদক্ অহুদা অভাবা মী খুদিঙমক্ থায় পাথৎনৈ। নিংথৌগী কুচু তাইফেং তাই—মকোক্ উরুক ঙাওরকই। থোংখ্রবা নৌগ্রবা মচাবু অস্তুক্ তম্ থীবা মুনিগী মনাক্তা থম্ থিবা ? রামদি অমুক্ মী ওইনা হল্লক্রোই। দশরথনা কিনা কিনা হায়রকই—"মুনি অথোইবা! রামদি অঙাংনি। মানা মুনিগী থবক্ তৌবা ঙম্লোই। করি তৌজগদবনো ভাক্পিয়ু। ঐ খুদক্তা পাঙথোক্চগে।"

বিশ্বামিত্রনা হায়রকই—"চিংনগনু। ঐনা রামগী মতিক্ মগুণ খঙই। মহাক্তুম্বা নিংথৌমচা তাইবঙ পানবদা পোক্লি। নচা ওইবগী নঙনা করিস্তু লৈতনা খল্লিবনি। কনবা থৌবদা মপা লৈতে। মাবু ঐনা হিংচাবা হাৎহন্গে তৌবনি।"

করি হায়বা! হিংচাবা হাৎপা! রামচন্দ্রনা। ওইথোক্কবনি। দশরথনা খুমদনা তুমিন্ লৈখ্রে।

বিশ্বামিত্রনা হায়রকই—মারীচ অমস্তুং সুবাহু কৌবা হিংচাবা অনিথক লৈ। মথোয়না ঐথোয়গী যজ্ঞদা শদুম লংশিল্লক্লুনা হেক্ হেক্ মাংথোক্লে। যজ্ঞ তৌবা য়াদ্রে। মথোয়বু হাৎলগা ঐথোয়বু ধর্ম্ম তান্বা ঙম্হল্লু। নগাগী মঙ্গল ওইগনি—মহারাজগীস্তু পুন্য ফংগনি।

দশরথনা মথোঙ কোন্দুনা হায়জরকই—"ঐগী অকনবা লাম্মী তেংগোল্ পুহ্না চৎচগে। মিৎকুপ অমদা হিংচাবা হাত্তুনা যজ্ঞ ঙাক্চগে। রাম মথন্তগী মতিক নত্তে; ঐবু পুবীয়ু।"

বিশ্বামিত্র শাউবনা মমিৎ কোরীমুক্ ঙাওলকলে, হায়রকই—"ঐনা হায়রিবসিনি, রামতনা ঙম্গদবনি। নচা মুংশিবনা পীনীংত্রবদি তোক্লো, ঐ চৎলে।"

"ঐ চৎলে" হায়বসিগী ফল করি ওইগদগে হায়বদু পুম্মক্না

খণ্ডনৈ। কিবনা মিহুল শুত্রবা দশরথনা বশিষ্ঠদা য়েংলকৃই। বশিষ্ঠনা হায়রকৃই—"মহারাজ! চিংনগনু। রামচন্দ্রবু থাখো। ঋষি বিশ্বা-



তাড়কা হিংচাবী

মিত্রগী শেগা তাংলিঙৈদা, মী, লাই, হিংচাবা কনানসু মাগী তুবুম্ অমা ফাওবা তেক্‌হন্‌বা ঙমোহ্‌। মুনিগী শাক্তিবু নহাক্না থাজদবা তোগনু।"

তঙাইক্ষদবনা কন্দুনা দশরথনা রামবু বিদায় পীরকৃলে। রামগা লোয়ননা মনাউ লক্ষণসু বিশ্বামিত্রগা চৎমিন্নখ্রে। অযোধ্যাগী নুপী অঙাং পুম্নমক্না মচৌম্মনাউবু কপ্না কপ্না য়েংনরকৃলে। রাম লক্ষণ অনিনা গুরুগী মতুং ইনবগুম লৌরুং তেন্দোং য়ান্দুনা বিশ্বামিত্রগী মতুং ইন্দুনা অশুম চৎখ্রে।

বন মনুং য়ৌরক্লবদা বিশ্বামিত্রনা রামবু মহৈ অনিথক তম্বীরে। মহৈশিং অসি অমনা অরাম খৌরাংবা লৈতনবা অতুগা অমনা মপাঙ্গল হেন্না হেন্না কনথৎনবনি। "বলা", "অতি বলা" হায়না কৌবা মহৈনি। মথংদা থরদং চঙশিন্নরুগা বিশ্বামিত্রনা হায়রকই "রাম! বন অসিদা 'তাড়কা' কৌবী হিংচাবী অতু লৈবনি। ঐনা হায়খিবা 'মারীচ' হায়বতু মাগী মচানি। অগস্ত্য মুনিগী শাপনা যক্ষ ওইরম্বদগী হিংচাবা ওনখিবনি। বন অসিসু হান্নদি মী তারমলিবনি। হিংচাবী অসিবু হাৎলগা মফম্ অসিদা অমুক্ মী তাবা য়াহল্লু।"

থূদক্তা লৌরুংদা লৌরী হাপলে। থঙ থঙ লাউনা লৌরী চিংলকলে। মমৈদা তেন্দোংদগী তেন শরুনা তেনগাথোংলগা রামনা হায়রকই—"তাকপিয়ু মুনি, হিংচাবী অতু কদাইদা লৈ?"

বিশ্বামিত্রনা খুমত্রিরৈদা হিংচাবাগী শউম্ লাকৃলে। মাগী শউম্ অসি নোংলৈ নুংশিৎমুক কল্লি। শাহিং ভাহিং মনম্নসু নমথীবনা ওকৃই। নোং ওংবগুম্ ওংতুনা মানা পাইশিল্লকপা উবদা বিশ্বামিত্রনা হায়রকৃই—"থিল্লগনু রাম! থুনমক খুৎলাই থারো।"

হিংচাবীনা মায়া তৌতুনা মশা অতু অশুকী মতিক চাউথোকৃখ্রে মতুদি, মাগী মশাতনা বন অতু থনৃখ্রে। মহাক্না চাউর চাউরবা নুং-উ ফুতুনা লংশিল্লকৃলে। রাম লক্ষণ অনিমক্না মতু পুম্নমক্ মশাদা

শোক্হন্দনা তেন্ কাপলক্লে। রামগী তেন্না তাড়কাগী মপান্থোম্ অনিমক্ ককৃথৎলে। লক্ষণনা মনাতোন্ শোইদৎলে। মপান্থোম, মনাতোন্ য়াওত্রবা অদু ফাওবদা অকিবা লৈত্তে। আতিয়া থোন্না মন্না কাথোক্লুনা রাম লক্ষণবু য়োংকে হায়না পাইশিল্লক্লে। রামনা তেন্ অমা থাদুনা মাগী মবুক্ হোগায়খ্রে। হিংচাবী অদু ঈ ওদুনা নোংথক্কগী লৈপাক্তা তারক্লে।

পেল্লবা বিশ্বামিত্রনা মচীন্মনাও অনিমক্পু কোন্দুনা আশীর্ব্বাদ পীখ্রে। মতম্ অসিদা নোংথক্কগী শোরারেন্না লাউথরকই—"বিশ্বামিত্র! ব্রহ্মানা পীবা অমাঙবা লৈত্রবা খুৎলাইশিং অদু রামদা লোইনা পীথোক্খ্রো।"

শোরারেনগী য়াথং ফংলবদা বিশ্বামিত্রনা মঙোন্দা লৈরম্বা খুৎলাইশিং অদু রামদা লোইনা পীরে। খুৎলাইশিং অদু শিজিন্নবসু তম্বীরে। অমুম তোনা মতম্ থরা লাক্লগা বিশ্বামিত্রগী আশ্রম্দা থংলরে। আশ্রমগী ফজবা অচাক্পা, অরুবা পুন্নমক অদু উবদা রাম লক্ষণগী মুংঙাইজবা লোইরে। মফম্ অদুদা লৈরম্বা মুনিশিংনা তাড়কা হিংচাবী হাৎলম্বগী পাউ তাবদা মচীন্মনাউবু লোইবা নাইদনা বর পীনরক্লে।

নোংঙাল্লে। বিশ্বামিত্রনা হায়রকই—"ঐখোয় যজ্ঞ হোরগে। খুৎলাই পাইদুনা লৈয়ু। মমা হাৎলুবদগী হেন্না শাউদুনা মচীন্মনাউ অনি অদু লাক্লগনি। মিৎকুপ্ নাহুম্ শিংঙো।" অমুম্না পুক্লিঙ্ লৈতানা যজ্ঞ হোগৎলে। যজ্ঞগী মৈথুনা নোংথক্কা হেক কাথৎলক্পমক্তদা মারীচকা সুবাহুগা অনিমক্ আতিয়া থোন্না ওংদুনা পাইরক্লে। ঙসিদি মখোয় অনিনি। হেন্না চেক্শিন্দবা য়াদে। মখোয়না যজ্ঞদা শদুম্

শনাই লংশিনুগে হেক তৌরকৃপদা রামনা তেন্ অমনা মারীচকী মনঙন্দা লেংলগা থাপ্লা মকম্ অমদা তাহনখ্রে। মারীচ অদু শিবমক্তি শিখিদে। তেন্ অমনা সুবাহুগী মপূক্তা লেংহুনা খুদক্তা অদুম্মক্ হাত্তোক্লে। অসুরগী মুনিশিংগী যজ্ঞ নিঙথিনা পাঙথোক্লে। মুনি মখৈগী হরাউজবা পান্দম্ লৈখিদ্রে। রাম লক্ষ্মণসু হরাউজরে। মপা ইবুংঙোনা তারগা পেন্‌বিরম্‌গনি, প্রজাশিংসু নুংঙাইনরম্‌লগনি।

## বাহং

১। দশরথ কনানো, মচা পোকবা মহাক্না করি তৌথি?

২। রামনা বিশ্বামিত্রদগী করি ফংথি?

৩। তাড়কা হিংচাবী কররা শিথি? মাগী মচা অনিগী মমিং করি করি কৌই, মথোয়গী মরমদা করি থঙই?

---

# রাম লুহোংবা

মথংদা বিশ্বামিত্রনা রাম লক্ষ্মণবু মিথিলা লৈবাক্তা অমুক্ পুরকলে। বন মথং মথং ফাওহুনা অতম্ লাক্নপদা মথোয়না মী লৈত্রবা থায়নগী আশ্রম্ অমা উরকলে। শেগায়রবা থাংপোক্ অমসু লৈরি। বিশ্বামিত্রনা তাক্লকই—"মসি গোতম্ ঋষিগী আশ্রম ওইরম্বনি। মাগী নুপী অহল্যাবু শাউহুনা শাপ তৌরম্লগা চৎথিবনি। অহল্যাদি মসিদা নুং ওন্দুনা লৈরিবসিনি।" মুনিনা হায়রম্মী—"দশরথকী মচানিপা রামচন্দ্রগী মখোঙনা শোকপদা নঙ্ লানজবা ওইরু।" রামনা থুনমক্ নুং অদুদা খোঙনা নেৎলুরে। থঙহৌদনা

নূপী অমা হৌগৎলকুনা মাবু খুৰুম্লৰে। মতৌ অসি উবদা লক্ষ্মণদি পুম্ণক্ ভক্লে। মহাক্না ময়াম্না হন্না হন্না য়েংলক্লে। অদুবু ভাব ভাবদি ঙমখিদ্রে।

অহল্যানা হায়রকৃই—"নঙ্দি নারায়ণগী অংশনি, অবতারনি, চান্বীদুনা ননাইবু লান্বীবে। হন্না হন্না খুৰুমজরি।" অসি হায়-রম্নগা পন্দনা মপুরোয়বগী লাইনিঙ ক্রম্ হিমালয় তম্না চৎখ্রে।



মথংদা অমুক চৎপা হৌরকুনা মরৈদা মিথিলা লৈবাক য়োরকুলে। মিথিলা হায়বসি হৌজিক্কী অল্লাং থংবা বিহার অসিনি।

মক্কম অসিদা জনক হায়বা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্ ধর্ম্ম কর্ম্ম য়াম্না খঙ্বা নিংথৌনি। মীনা মহাকপু ঋষিগী শাজং চংলি হায়ত্তুনা 'রাজর্ষি' হায়না কৌনরম্মী। মতম অমদা ; যজ্ঞ তৌবা তাবরবদি মপু অমত্তুনা মখুৎনা লাঙ্গল পায়ত্তুনা যজ্ঞগী মক্কম্ অমা খোইদোক্কবা য়ারমদে। মরম্ অসুনা জনক্না যজ্ঞ তৌনবা, লাঙ্গলনা লৈপাক্ খোইদোক্লি। মতম্ অমদা লৈমুংদগী, পোকপদা ভায়রিবী নূপীমচা অমা ফংথি। মচা পোকচদবনা রারম্লবা নিংথৌনা হরাউনা অঙাং অদুবু মচা ওইনা য়োক্লি। মশক্তা মচুদা নুপী মচা অমগা মান্নবী অমত্তা লৈতে। হুজ্জৌক্তি মপুম্ মরৈ ফারে। ময়ুম্ মকৈ পান্‌বা য়ানা চাউরক্লে। সংস্কৃত লোন্দা লাঙ্গোলগী লোঙ্খুম্বু "সীতা" কৌবদগী জনক নিংথৌনা মচাগী মমিংসু অমুম্মক্ সীতা থোন্নি। লৈমুংদগী ফংবা মরম্না সীতাগী মমাদি 'লৈপাক লৈমনি' হায়নৈ। অমরোমদসু মহাক্ অসি লক্ষ্মীগী অবতারনি হায়নসু থাজনৈ।

মতম্ অমদা মহাদেবনা পেন্‌বিত্তুনা জনক নিংথৌদা অঙকপা লৌরুং অমা পীথি। খ্বায়দগী হেন্না কনবা মী নত্তনদি লৌরুং অসি লেঙ্বা ফাওবা ঙমদে। মরম্ অমুনা জনকনা সীতাবু মীরক্কগী খ্বায়দগী হেন্না কন্‌বা নিপাদা লুহোঙ্‌বিগে থম্মুনা লৌরুং অমুদা লৌরী হাপ্লদং ঙম্বা নিপাদা সীতা পীগনি হায়না পাউ শন্দোক্লি। অদুবু ঙসি ফাওবদসু নিংথৌ অমত্তনা মদুবু লেঙবা ওৎপা ফাওবা ঙম্মরক্তে।

বিশ্বামিত্রনা হায়রক্‌ই—"মহারাজ! লৌরুং পুথোক্‌হল্লকউ।"

নিংথৌ মনাই ময়াম্ চঙ্‌ত্তুনা লৌরুং অমু গাড়ীদা চিংথোরক্লে।

বিশ্বামিত্রনা রামদা হায়রক্‌ই—"রাম! লৌরুং অসি থাংগৎলগা লৌরী চন্‌শিল্লু।"

নোক্‌মি নোক্‌মি ভৌদুনা রাম হৌগৎলক্লে। ওয়গী খুৎনা লৌরুং অদু থাংগৎলগা ইরায় লায়না থোংজৌ চল্লক্লে। অদুতম্‌ নত্রি, লৌরৌ অদু থঙ্‌ থঙ্‌ কাপ্লক্‌পদা লৌরুং অদু নোং থাক্‌পগুম্‌ মখোল্‌ হৌনা ময়ায়দা তেক্‌থরে।

পেল্লবা জনক নিংথৌনা খুদক্তা লাউথোক্লে—"ঐগী সীতাবু মী মরক্তগী থোইদোক্লবা রামচন্দ্রদা পীরবনি।"

থীন্দনা অযোধ্যাদা পাউ থাখ্রে। মচাগী অকন্‌বা পাউ তাবদা মঙ্‌হাগুম্‌ মুংঙাইজরবা দশরথনা ভরত শত্রুঘ্ন অনিমকপুসু পুদুনা মিথিলা তাম্না লাক্লে। রাম লক্ষণ অনিমক্না লম্‌থাঙ্‌দগী মপাবুং মহারাজবু ওকুনা খুরুম্‌জরে। মিৎকী ঈরা লোয়ননা দশরথনা মজাইবুংঙো অনিমক্‌পু কোন্‌বীরে।

মথংদা কোম্নুং মম্নুং চঙ্‌লগা দশরথনা সীতানচিংবী লৈশাবী মরিথক্‌পু উবা ফংলে। জনক্‌না তাক্লক্‌ই—"অমনা ঐগী ইচা অতোপ্পনি 'উর্ম্মিলা' কৌই। অনি অসিনা ইনাউগী মচানি 'মাণ্ডবী' অমসুং 'শ্রুতকীর্ত্তি' কৌই। দশরথনা হায়রকই—"ঐগীসু ইচা মরিনি, নিঙোল মরি অসিমক্‌ ইমৌ ওইনিঙই।" জনক নিংথৌসু হরাউনা য়াখ্রে। পুম্নমক্‌ হরাউনরে।

অকবা নুমিৎ অমা য়েংদুনা য়াম্না চাউনা লুহোঙ্‌লে—রামগা সীতাগা, মাণ্ডবীগা ভরতকা, শ্রুতকীর্ত্তিগা শত্রুঘ্নগা অদুগা লক্ষণগা উর্ম্মিলাগা। লুহোঙবা লোইরদুনা অওঙ্‌ অউন্‌-পোৎ ময়াম্‌ লোয়ননা শগোল শামু, থোঙ্‌মী লাম্মী মপৈ মপৈ থাদুনা থিরক্লে। মচা মমৌশিং পুদুনা দশরথনা অযোধ্যাদা হল্লক্লে। জনক নিংথৌনা মমিৎকী ঈরা লোয়ননা বিদায় তৌদুনা য়েংহোরে।

## ৱাহং

১। বিশ্বামিত্রনা রাম লক্ষণবু মিথিলা তাম্না পুরকপ্‌দা লম্বীদা করি থৌদোক্‌ থোক্‌থি ?

২। জনক নিংথৌনা সীতা কংথিবগী ৱারী হায়ৱু।

৩। জনকনা সীতাবু থ্বায়দগী কন্‌বা মীদা মপুরোয়বা ওইনবা করি করম্‌ শীন্‌থি ?

৪। দশরথকী মচা মরিনা লৌবা মমৌশিংগী মমিং করি করিনো ? মথোয় অদু কনা কনাগী মচানো ?

---

# পরশুরাম

অশুম্‌ ত্তৌনা অচৌবা তেংগোল্‌ পুদুনা লাক্‌পদা মক্‌ম্‌ অমদা থংলেপ্‌ লেপ্লরে। থঙহৌদনা মুমিং মডাল্‌ মক্‌শিন্‌খ্রে, অকন্‌বা নোংলৈ মুংশিং শিংলক্লে, উচেক্‌ রায়া পুম্নমক্‌ কিবনা কোয়পাই পাইথোক্লরক্লে। লোয়না লোয়ননা অকিবগী মশক্‌ ওইরবা ঋষি অমা থুংলরে। মরেংবান্দা চাউরবা শীংজঙ্‌ অমা লৈ। মশাগী মচুনা শংত্রিক শংই। দশরথনা থঙলে—অতৈ নত্তে ক্ষেত্রিশিংবু তৃম্নবা হাংথিবা পরশুরামনি।

মহাক্‌ অসি ব্রহ্মাগী মপূর্লিঙদগী থোক্‌থিবা ভৃগু হায়বা ঋষি অদুগী বংশনি। মপাদি ‘জমদগ্নি’ কৌই। ক্ষেত্রি নিংথৌ কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুন্না মপাবু হাংথিবদগী শাউদুনা পরশুরামনা অচৌবা শীংজঙ্‌ অমা পায়দুনা পৃথিবীদগী ক্ষেত্রিমচাশিং থিদুনা কুন্‌মাথোইরক্‌ হন্না হাংথি।

দশরথনা মাবু শাউনা লাকৃপা উবদা কিরদুনা মথুং লোম্না হায়জরকৃই—“প্রভু, করম্বা সন য়াথং ?” পরশুরামনা দশরথত্তা হন্না য়েংলম্‌দে। রামদা ওন্‌শিন্দুনা খংলাউ লাউরকৃই—“নঙ্‌ রাম হায়বদুরা ? মহাদেবগী হরধনু থুদেকৃই হায়বদু নহাক্নরা ?”

রামনা খুম্নকৃই—“মানি [illegible]ঙ্গা, ননাই ঐননি।”



পরশুরাম

পরশুরামনা শাউবনা অমুক্কা হেন্না মৈ হোৎদুনা হায়রকৃই—“মহাদেবগী লৈরুংমকৃপু থুদেকপা ? নতিক্‌ করি লৈদুনা ? কৈ, ঐগী খুত্তা পায়রিবা লৈরুং অসিদা লৈরী অমুক্তং চল্লু য়েংশি। মগুণ্‌ চপ মান্নবনি, মসিসু বিশ্বকর্ম্মানা শাবনি।”

রামচন্দ্রনা চীক্না ইওনা মোমোন্‌ নোক্লকৃই। মহাক্না নোক্লুক্না পরশুরামদগী লৈরুং অদু শাম্নপোৎকুন্না লোরগা লায়না লৈরী হান্নে।

হায়রক্‌ই—“নাপলনা ময়াই কারবা ব্রাহ্মণ। কুন্‌মাথোইরক্‌ হন্না ক্ষেত্রি মচা হাৎথিবদা, কনানস্থ মায়োক্‌ য়াঙমথিদবদগী পৃথিবীদা অকন্‌বা ক্ষেত্রি পোক্তে থল্লবা শাই। ঐনা ওসি নাপল অদু মাঙ-হন্‌গনি। য়েংউ, লৌরুংদা তেন্‌গা থোংলবনি। কারি পাম্বগে হায়য়ু—নঙ্‌গী স্বর্গ কানবা লম্বী থৎলুরা নত্রগা নশা লেঙ্‌বা ওৎপা ঙম্‌দনবা তৌ হায়বরা ?”

উবদা পরশুরাম পুমঙক্‌ ঙকৃখ্রে। হায়রকই—“চুম্মী, ঐগী নাপল্‌ মাঙলে। ঐবু লেঙ্‌বা ওৎপা ঙম্‌হন্দবদি তৌগন্ন। ঐনা হুজিক্‌ স্বর্গদা চৎনিঙবা মতম্‌দা চৎলি মসিগী লম্বী থৎপিরো, ঐ অমুক্‌ হন্না চৎলরোই।” অসি হায়তুনা পরশুরাম হরাউনা চৎখ্রে।

মচাগী অকন্‌বা শক্তি উবদা অঙকৃপা হরাউবা য়াম্নবা দশরথনা, মথরায় স্নুংঙাইনা অমুক্‌ লাক্লুনা অযোধ্যা য়ৌরক্লে। রাম লৈতবদা বারুরবী অযোধ্যা কোম্নুং অদু হরাউরে। পুম্‌নিন্‌ নিন্‌খ্রে। হরাউ কৃম্মেগী লোইবা লৈথিদ্রে। মমামথৈনা মচা মমৌ পুম্নমকপু স্নুংশিনা বর পীবিরে। অস্নুম্না মতিক্‌ মগুণ চাউরবা মচানিপা মরিনা অয়াম্বা থবক্‌ পুথিতুনা দশরথ কোবা নিংথৌনা ইন্দ্রমক্তগীস্থ হেন্নবনি থন্দুনা স্নুংঙাইনা লৈরক্লে।

তৌজবা থবকী মহৈনা
অরাবা স্নুংঙাইবা ফংবনি ॥
নঙ্‌না তৌবনা নঙ্‌গীনি
মীনা তৌবনা মীগীনি ॥

### ৱাহং

১। রামনা পরশুরামগী নাপল্ করম্না মাঙ্হনখি ?

২। পরশুরামনা ক্ষেত্রিমচাশিংবু হন্না হন্না হাৎখিবগী মরম্ করিনো ?

---

# অযোধ্যা কাণ্ড

মতম্ থরা মুংঙাইনা পাল্লে। মরক্ অসিদা রামনচিংবা মচৌম্মনাউ মরিমকম্মু ঙম্না শারেপ্ ফানরক্লে। লৈবাক্কী ৱায়েন্ থৌদা পুন্নমক্ মতিক্ মতিক্ চানা হৈনরক্লে।

নিংথৌম্মু অহল্ ওইবনা শোঙ্খিল্লক্লে। মরম্ অদুনা মচা অহল রামচন্দ্রদা থবক্ শিন্নরগে থল্লে। নোংমা রাজদরবারদা মাগী মপুক্লিঙ অসি ময়াম্ থন্নবা লাম্থোক্লে। রামগী গুণদা শুম্মাওবা মী ৱাওদে। মন্ত্রী সেনাপতিনচিংবা অঙম্ অথৌ পুন্নমক্লা চপ্ মান্নবা ৱানরক্লে। মথোয়গী হরাউজবা লোইরে। মরম্ অদুনা অফবা নুমিৎ অমদা রামবু যুবরাজ হাপ্পা লেপ্পরে।

পুরোহিত বশিষ্ঠনা অফবা নুমিৎ লেপ্পুনা মায়কৈ মরিমক্তা বার্ত্তোন্ শন্দোক্খ্রে। সনা কোন্নুংদম্মু অহিং নুংথিল্ নাইদনা লাঙ্লক্লে। লৈবাক্কী নুপী অঙাং পুন্নমক্নু রামনা যুবরাজ ওইরনি তাবদা হরাউবনা য়ৌ য়ৌ চোংনরে!

অদুবু নুপী অমগী মকাদদি মথরায় প্রোক্ প্রোক্ চাক্খি। মহাক্ কৈকেয়ীগী মনাই নুপী মন্থরানি। মনম্ পোল্লি, মশকম্মু য়াম্না থি। মানা ভরতপু পীক্লিঙৈদা য়াম্না থানা হোৎনখুনা য়োক্লকই।

মরম্ অদুনা অদৈ পুম্নমক্কী ভরতপু হেন্না নুংশি। ভরতপু যুবরাজ হাপ্তুনা রামবু হাপ্কনি তৌবসিদা মহাক্ লৈফম্ থণ্ডখিদে। য়াম্না শাউনা কৈকেয়ীগী মনাক্তা চণ্ডলকই। মানা হায়রকই---"ইবেম্মদি ভাদবরা, রামবু যুবরাজ হাপ্কনি হায়না তৌরিবসে। থৌরাঙস্ন লোইশিল্লে। শোয়দনা হাপ্খ্রগনি ?"

কৈকেয়ীনা ফাক্ ফাক্ নোক্তুনা হায়রকই—"ইচানিপা অহন্না যুবরাজ ওইরগনি হায়বা। সে মণি পরেং অসি লৌজো। নুংঙাইবা পাউ পুরক্পগী মনানি।"

মন্থরানা নীক্ অদু লংথোক্তুনা হায়রকই---"নশাগী মাঙ্গদবদি খল্লদুনা হরাউজবা শারি। কয়া কুইগনি খল্লি ?"

কৈকেয়ীনা ঙক্লদুনা হংলকই---"রামনা যুবরাজ ওইরগা ঐগী করি মাঙ্গদৌরিবা ? মানা অহন্নি, মহাক্ লৈরিঙৈদবু কনানা মকম মুল্লবা য়াগনি ?"

মন্থরাদি মপুক্ পীক্পা মীনাইনি। কৈকেয়ীগী ফজবা রাঙাঙ্ অসিদা করিস্নু থাজবা ঙম্দে। মহাক্না পৃথিবী অসিবু মহাক্তা য়ান্নবা অদুম্বক্ উই। মরম্ অদুনা কপশিন্ লাউশিন্নদুনা হায়রকই—"অপঙবী! রামনা লুনা তৌবদি লক্ষ্মণতবুনি। নচানিপা ভরতকীদি কনা লৈরি ? মথল্লায় ফাঙবা অস্তম্ হিংবর হিংদবরা কনানা খঙই ?"

অদু ফাওবদা কৈকেয়ী রা ভাঙলম্দে। মপুক্তদি মচাগী হাকন্দা পাথৎলকই। অদুবু রামবু নুংশিমন্বনা, মানা মচাগী ফত্তববা তৌগনি হায়বসি থাজবা ঙম্মদে। ফত্তবগী শরৌদি অঙকপনি। মাগী রা ভানিঙ্দদুনা মনাক্তগী লাপথোকচরবা ফাওবদা মন্থরানা হন্বা লৈতে। "রামনা ভরতপু নুংশিদে। যুবরাজ হেক ওইবগা

হাৎনবা হোৎনরক্কনি” অসিনচিংবা লোইবা নাইদনা ডংশিল্লকপে। মমৈদদি মচাগী হাকন্দা কৈকেয়ী সুৎশা থীরকপে। হংলকই—“মন্থরা, অহুদি কম্দোগনি ? করি উপায় লৈরি ?” মন্থরানা হায়রকই—“য়াগন্নু। ঐ লৈরিভৈদা উপায় লৈতবা হৌনদে। মহারাজনা মমাঙ্ভৈদা বর অনিথক্ পীগনি হায়খিবহু নিঙশিংউ। মহু মতম্ অসিগীদমক্ ঐনা থিংখিবনি। মহুনা খুৎলাই ওইনগদবনি।”

কৈকেয়ীস্সু নিঙ্শিংলক্লে। মহাক্না নৌরিভৈদা, নোংমা হিংচাবগা লান শোক্কবদগী দশরথ শিবা য়ানা শোকখি। জয় ওইহুনস্সু, শিবু শিরবদি কায়বা লৈতে। কৈকেয়ীনা ভুম্দ চাদনা নিংথৌগী সেবা তৌহুনা হিংহনখি। তেনগী হূনা পুম্থরবা অশোকপা মকম্দগী কৈকেয়ীনা মচাম্না ঈ-নাই চুপ্থোকখি। মহারাজনা পেল্লহুনা য়ভোন্দা বর অনি নিজৌ তাকপিখি। “ইপুরোয়বগী সেবা তৌববু বর ফংনবগীরা, ইথৌ তৌজবনি বর পামজদে” হায়খি। অহুমক্তদস্সু মহারাজনা ময়াবা লৈখিদ্রে। মতম্ অহুদা মন্থরানা তাকুনা কৈকেয়ীনা হায়রকই—“বর নিদবা য়াদ্রবদি, মহু মতম্ অমদা নিজগে। হূজীক্কি কায়বা লৈত্রি।”

দশরথনা য়াম্না কৈ হায়না য়াহুনা লেখি। মহুগী বর অহুগী রা নিঙ্শিংলকপদা কৈকেয়ী মায়থোং মকারায়ক্লে। মন্থরাবু হন্না হন্না থাগৎখ্রে। মন্থরানা মথা তাক্লকই—“অতৈ বর নিবা য়াদে। রামবু চহি তরামরি বন চৎহল্লু। ভরতপু অযোধ্যাগী যুবরাজ ওইহল্লু। অসিদগী হেনবা য়াদে। থঙ্লেদনা। রামনবু চহি তরামরি বন চৎখ্রবদি, অশোম্দা ভরতনা খুবম্ চেৎনবা হোৎনহৌরগনি। প্রজা পুম্নমক্স্সু য়ারগনি। মতম্ অহুদা রামদি মপাংগল্ করিস্সু লৈররোই।”

কৈকেয়ীনা হায়রকই—"মহারাজনা পীবিরৱবদি ?"

মন্থরানা হায়রকই—"অস্তুক অহল ওইরবদবু মশাগী রাশক্ ভাক্তবা হৌনবরা ? কপ্‌উ, ওইনহুনা লৈমু, অতৈ অমত্তা য়াগনু, চরা হেন্দুনা থাঙ্‌উ।"

হয়েংদি রামগী যুবরাজ হাপ্পা সুমিৎনি। হৌনবা অভিষেক্ তৌগদবনি। বার্তোন ফংবা মী পুম্নমক্ লোইনা থিল্লরে। হরাউনবগী ঈথক্ অমনা অযোধ্যা পুম্নমক্ ইরাঙ্‌লাঙ্‌খ্রে। দশরথ মহারাজনা মপান্‌গী থবক্ লোইখোক্লগা লৈমকোন্দা হরাউ হরাউ পাউদমগে হায়না চঙ্‌লক্লে। কৌশল্যা উরবমগা কৈকেয়ীগী কাদা অমুক লেঙ্‌শিল্লক্লে। কদায়, কৈকেয়ীদি উবা ফংদ্রে। কোয়থী থিরক্লে। লৈমায় মথক্তা ওন্দুনা কপ্লম্লে। মুংশা থীরদুনা নিংথৌনা হংলকই—"করি তৌরে রাণী ? ঙসি মুংঙাইবা সুমিত্তা নমিত্তগী পি শিন্থবা করিগীনো ? হৌগৎলু "

কৈকেয়ী করিসু খুমক্তে। দশরথনা হন্না হন্না হংলকলে মানা কপ্পগী মরম্ করিনো। অসুম্না ঙাইহাক্ লৈরবদা কৈকেয়ীনা হায়রকই—"ঐনা কপ্পগী মরম্ হংবীদুনা করি কাম্নগনি। মহারাজনা মহু কোক্নবা তৌবীবসু ঙম্‌গদবা লৈতে।"

করি হায়বা ? নঙ্‌গী নমিত্তগী নপি তাহন্‌বা অহুগী মরু কুক্তোক্‌পা ঙম্‌দ্রবদি ঐনা নিংথৌ ওইবগী করি কাম্নগনি। হায়মু—কনানা নঙগী য়ানবা মরম্ ওইহন্‌বনো ?

কৈকেয়ীনা হায়রকই—"ঐবু কপ্‌হন্‌বদি অতৈনা নত্তে। মহারাজননি।"

ঐনা ? ঐনা করি তৌখ্রবা ?

মহারাজ। হিংচাবা অমগা লান থেংনবদা সনা হকচাং থীনা শোক্‌খিবহ্ নিঙশিংবীরিবরা?

নিঙ্‌শিংলি।

অহুদি মথরায় কথোক্লুনা সেবা ভৌজখিবী অদুবুস্ম কাউবীরম্‌-লোই নিঙ্‌ই।

অতে নত্তে, মহ্ নঙনিনে, নঙ্‌ভনা ঐবু হিংহল্লকখিবনি। মদুবু ঐনা কাউবা হৌনবরা? ঐনস্ম বর পীগে হায়খি। নঙ্‌না মতম্ চারক্লগা নিগে হায়হ্না লৈখি মসি নত্তবরা?

রাণীনা হায়রক্‌ই—"নিংথৌগী থরায় কন্‌বা ঙম্লবনিনা লৈবাক নিংথৌ অনিমক্ ঐগী ওইরে। অমুক্ বর নিহ্না কাম্নবা লৈতে থব্দুনা নিথিদবনি।"

নিংথৌনা ইত্তিং ত্তিংনা হায়রক্‌ই—"অহুদি চুম্‌খ্রবা রাকম্‌নি। নঙ্‌গী ওইদনা লৈবাক্‌-নিংথৌ অনিমক্ কনাগী ওইগনি?"

রাণীনা হন্দক্তি থোন্ কল্লপ হায়রক্‌ই—"অনিমক্ ঐগী ওইরবদি, ঐগী য়াথং লোৱিদনা লৈবাকী থবক্ শীনবিবা করিগীনো?"

থংপেক থংনা দশরথনা হায়রকই—"নঙ্‌না করি পাম্লিবনো রাণী? শেংনা ভাব তাহল্লু।"

রাণীনা হায়রক্‌ই—"ঐনা পাম্মী, ভরতপু যুবরাজ হাপ্পা অহুগা মনাউনা কম্ কাবদা য়েংবা মুংঙাইয়োইদবা রামবু মনিঙ্ থুংনবা চহি ভরামরি বন্‌দা থাবিখিবা।"

দশরথনা নোক্লুনা হায়রক্‌ই—"নঙনা ফাগি তৌগন্‌বসিনা! মহ্ হায়গদবগী ঐবু রাহল্লিবোইরে।" অদুবু থংনবা মিংকুপ্তুদি মোক্লুবগী কাথোক্লুবা য়া উম্‌শিনবা ঙম্‌থিদ্রে। মংকোক উক্ক উক্ক

লৈরক্লে। কৈকেয়ীনা ফাগি ভৌবা নংলমন্ত্রে। মথরায় শোক্লা, শেংনা হায়বা রাকম্ ওইরম্লে। মহাক্না হায়রকুই—"ঐগী নিগদবা বর অনিদি মসিনি। রাশক্ ভাকপিগে ভাকপিরোই মহারাজগী পূরক্লিগ্নি।"

নিংথৌ চুম্না লৈবা ভমদ্রে। নুংঙোগী লৈমায় মথক্তা হাইহৎখ্রে। জ্ঞান তায়রক্লবদা অমুক থেয়ে. কয়া হায়জরে, কয়া কপ্লে। কৈকেয়ীনা মতু নত্তবা বর অমত্তা নিয়ু হায়বা য়াখিদ্রে। মানা ময়াখিদ্রবদা মুং-পান্ অনিমক্ মক্লবা নিংথৌ অতু অমুক্ রাম্বখ্রে। দশরথনা রাম্ব-রিডৈদা কৈকেয়ীনা রামচন্দ্রবু কৌহল্লুরে।

রাম লাক্লবদা কৈকেয়ীনা হায়রকুই—"মহারাজনা ঐডোন্দা বর অনিথক্ পীগনি হায়না রাশকৃথিবা লৈ। মতু ঐনা হুজীক্ নিবদা মহারাজনা পীবা ভম্ব্রে। বর অমনা ভরতপু অযোধ্যাগী নিংথৌ হাপউ, অমনা রামবু চহি তরামরি বন চৎহল্লু হায়বনি। নবাই-বুংঙোনা নঙ্বু মুংশিবনা বর পীবা ভম্ব্রে। মাগী রাশকন্থ কায়বা তারি। মরম অতুনা তৌক্‌ম থঙ্দ্রতুনা রাম্বহরিবনি। মসি তারগা নহাক্না করি তৌক্‌ম থোক্পগে হায়বতু থনজনবা ঐনা নঙ্বু কৌবনি।"

রামনা ভাইহাক্তং লু লুক্লা থল্লগা হায়রকুই—"ইমা ইবেম্মা! ঐ লৈনা লৈনা ইপা ইবুংঙোগী রাশক্ কায়বদি ওইথোক্তবনি। ঐগী ইনাউ ভরত-তা অযোধ্যাগী সিংহাসন পীরগা ঐনা চহি তরামরি অতু কায়দনা বন্দা চৎকনি। ইপা ইবুংঙোগী সেবা তৌবিয়ু।"

অসি হায়রয়্নগা থুনমক্ থোরক্লনা রামনা খুদক্তা বন চৎনবা থৌরাঙ্ তৌরক্লে। পুয়মক্ ভক্লরে। মমাইবেম্মা কৌশাল্যা, সুমিত্রা

অনিনা মমৌইবেন্মশিংগা ম্রাথনা লৈকম্ থঙ্নখিন্রে। পূম্নমক্না কৈকেয়ীবু চৈবা থাংবা তৌনরক্রে। পূকচেল্ ইঙ্লবা রামনা ভপ্না ভপ্না হায়রকই—“কনাস্নু কৈকেয়ী রাণীবু ভাথীবিগনু। মাদি ঐগীস্নু ইমানি, ভরত-ভগী মমা নত্তে। ঐ মুম্না ভাব তারে। ঐতগী য়াইফনবা ইমানা শীন্‌বিবনি। ঐনা ভরতপু থরায়দগী হেন্না নুংশিজে। মহাক্না লৈবাক্ ভাক্‌হৌবদা ঐনা চিংনবা লৈত্তে। ঐস্নু বনগী নিঙ্থিবা উনিঙ্ই। পূম্নমক্ ভপ্থবীয়ু!”



অদূবু কনামা ভপ্থবা ওম্‌গনি। কোম্নুংগী বপ্ন-লাউনবত্নু কনানা থিংলুগনি। লক্ষ্মণনা হায়রকই—“য়াম্বুং! ওসিদি ঐবু

ঙাকৃপিয়। য়াথং ঙাকৃপা ঙম্‌লরোই। চুম্‌দবা থবক অসি ঐ থাঙ্‌বা ঙম্‌ব্রে।”

রামনা মনাউবু কোন্‌শিন্দুনা হায়রকৃই—“লক্ষণ! ইয়াম্বগী ইবুংঙো! মপাগী রাশক্তি মচানা ঙাকদবনি। মচাগীদমক্তা মপাগী রাশক্ কায়হনবা—মসি মচাগী ধর্ম্ম নত্তে।”

লক্ষণনা মরাম্বদা অমুক হন্না য়েৎচবা ঙম্‌দে! কপ্পা কপ্পা হায়রকৃই—“অতুদি য়াম্বুং! বন্দা ঐস্ থোগল ইনগনি।”

নঙ্‌দি অঙাংনি। নোংজু মুংশানচিংবা থাঙ্‌বা হৈনরোই।

লক্ষণনা হায়রকৃই—“অরাবা লৌশীংসু নংসম্‌। য়াম্বুং উদবগী অরাবদগী মথোয়না হেল্লম্‌গদবদি নত্তে।”

সীতানস্থ লৈমায় থক্তা মিৎয়েং থম্‌তুনা হায়জরকৃই—“ঐস্থ থোগল তৌজগনি।”

সীতাগী মতৌ উবদা নৃপী নিপা পুম্নমক্ থাম্বা য়াদনা কপ্পখ্রে। নিংথৌগী মচানৃপী, নিংথৌরেনগী মমৌ—নোংমতস্থ মুংশাগী মৈশা লাংত্রিবী নৌরবা হকৃচাং অসিনা চীং মান্, উরক্ রারক্তা কোয়না চৎপা!

অদুবু সীতাদি চপ্‌ লেপ্‌খ্রে। অমুকস্থ হায়রকৃই—“মপুরোয়বনা নৃপীগী স্বর্গনি, মপুরোয়বনা লাইনি, মপুরোয়বা নত্তনা নৃপীগী লম্বী অমা লৈত্তে হায়বসি অহল্লম্মন্না তাকৃপিবনি। মরম্ অদুনা ঐবু হুন্দোকৃপিরম্‌গনু।”

সীতা অমস্থং লক্ষণস্থ রামগা চৎমিন্নবা তারে। লাঙ্‌না লাঙ্‌না নোংঙাল্লে। মুমিৎ মশক্ হেক উরক্‌পদা মথোয় অহুম্মক্ মশাগী ফিজেৎ লৈতেং লৌথোক্লতুনা লৈত লায়রদা পীথোক্লরে। অচম্বা

কিজেৎ অমমমগা থুংলাই ওইনা লীক্লং তেন্দোংদংগা পুতুনা থোরক্লে। কৈকেয়ীগী কাদা চঙতুনা হুজিক্ ফাওবা জ্ঞান তাদ্রিবা মপা নিংথৌবু মথোঙ্ শোক্লা থুক্লম্লে। কৈকেয়ীবুস্থ থুক্লম্লগা থোরক্লনা কৌশল্যা সুমিত্রাদগীস্থ বিদায় লৌরক্লে। থম্মোই কায়রবী রাণী অনিনা লৈমায়দা হাইথতুনা লৈহৌরে। অস্থুম্না রামনা মথং মথং পুম্নমক্কী বিদায় লৌরগা সুমন্ত্রদা রথ পুহল্লক্লনা তোংখৎলে। অযোধ্যাগী মুংশিবনা মাবু ফাজিন্নক্লিঙৈদা রামনা থুনা য়াঙনা বন তম্না দোলাই থৌহনখ্রে।

দশরথনা জ্ঞান তারক্লবদা কৈকেয়ীনা তমতুনা তারে—রাম বন্দা চৎখ্রে। সীতাগা লক্ষ্মণগস্থ মতুং ইনখ্রে। মানা নিঙশিংলকলে—নোংমা বন্দা শাতানবা চৎপদা, অমম্বা অহিংদা করিস্থ উথিত্রবদা "ক্রুক ক্রুক" হায়বা মখোল্ অমা তাবদগী, লমলক্কী শানা ঈশিং থক্লিমাল্লে থন্দুনা মহাক্লা মখোল অদু তম্না তেন্ কাপথি। মীন্দনা মীগী থোঙ্গেল অমনা চৈনাখোল্ ফংবদা লাউরকপা তা-থি। চেন্-শিন্দুনা য়েংবদা মুনিকুমার অমবু মাগী তেন্না থাতুনা লৈরম্বা থেংনক্লরে। ডাইহাক থাঙলম্লগা ব্রাহ্মণ মচা অদু শিখরে। শিরম্দাইদা নিপামচা অদুনা মমিং তাঙলবা মমা মপা অনীমকপু মাগী মহুৎ শিন্দুনা য়োকপিনবা হায়জরম্মী। মপানা ঈশিং থৌরাংবদগী অহিং অসিদা ঈশিং শোকপা লাকপনি। দশরথনা শা-না ঈশিং থক্পনি থনখিবা অদু, মানা ঈশিং শোকপা মখোলনি। মশক উদনা মখোল তম্না তেন্ কাপ্লদা মতম্ অত্তদা দশরথকুম্বা মী লৈরম্দে। মরম্ অদুনা মুনি মচা অদুগী শিনবা মরম্ ওইখিবনি। দশরথনা অশিবা অভাং অদু মমিং উত্রবা মপাদা পীররে। মচা কায়নবগী মৈচাক্ পুবা

ঙম্‌দ্রুনা মুনি অমু খুদক্তা অদুম্মক্‌ শিথরে। অঙাং অমুগী মমাস্থু অদুম্মক্‌ থরায় থাখ্রে। শিরম্‌দাইদা মুনিনা শাপ ভৌরম্মী—"নিংথৌ! নঙ্‌স্থু ঐগুম্না নচাগী মৈচাক্না শিবা ওইগে।"

দশরথ নিংথৌদি মতম্‌ অমু ফাওবা মচা পোক্তে। পোক্লনি হায়বগী থাজবস্থু লৈরমদ্রবনি। মুনিগী শাপ্‌ অসিনা মঙোন্দদি বর পীবগুম্‌ থোকখ্রে। ইমিৎতবু ইচা উজবা ফংলবদি চাময়রকস্থু হন্না শিজখিগে। অস্থুম্‌ খন্দুনা মুনিদা হায়জরকই—"মুনি, ননাই ঐদি ইচা লৈজদে। মুনিগী য়াথং লৈপাক্‌ ভারগনি। অতোপ্পা শাপ অমা ভৌবীয়। ইপাপ কোরজগে।"

মুনিনা হায়রক্তই—"ঐনা হায়খ্রবা, কৈদৌঙৈদস্থু অরেম্বা ওইরোই। নচা পোক্লবস্থু ব্রাহ্মণগী য়াথংনা শোয়দনা নচা পোকখিগনি।"

অসিগুম্বা থৌদোক অসি মিৎকুপ অমুদা নিঙ্‌শিংলকলে। ব্রাহ্মণগী য়াথং লৈপাক্‌ ভাদবা ওইরসঙ্গ খল্লকলে। তপ্না তপ্না অমুক্‌ রাম্থুনা ভাখ্রে। মসিনা দশরথকী অরোইবা য়াহিপ্‌ অদুম্মক্‌ ওইখ্রে। সুমিৎ মরিনিদং হিংলম্লগা লোংগাখ্রে।

# ভরতকী ময়াম্বা নিঙবা

রামনা বন হেক চৎখিবগা কৈকেয়ীগী দশা ভাবা হৌরকলে। অযোধ্যাগী মী পুম্নমক্না মাবু তুক্কচনরে, কনানস্থু মাবু কৌবী ডাঙ্‌বিখিদ্রে। মথন্তা নায়তোম্‌ ভাবী ওইরক্লে। মগাক্না মপুরোয়বগী শিনবা মরম ওইখ্রে। মীনা মাবু মপুরোয়বা হাৎপীনি হায়নরকলে।

মমি ক্বাওবা নেৎনখিদ্রে। অহুমশুবদা মানা লুনা তৌজরিবা মচা অহুমক্ না মাবু মমানি হায়না নিঙ্ বিরম্রে।

নহান্ মথৈদি ভরতকা শত্রুঘ্নগদি অযোধ্যাদা লৈতে। মথোয়গী মামগীদা লৈখি। মপা নিংথৌ লৈত্রে হায়বা তাহুনা অযোধ্যাদা হল্লক্লবদা—তৌরম্লিবশিং অহু উবদা মকোক্ ডাওখ্রে। ভরতনা মমাগী মশক্ য়েংখিদ্রে। শত্রুঘ্ননা ক্কত্তবী মন্থরাবু ভাম্বোক্খ্রে। ভরতকা শত্রুঘ্নগা মচীন্মনাউ অনিনা নোংমক্তন্ন পম্থবা ঙম্দ্রে। রামনা চৎখিবা লম্বী অহুদা সুমন্ত্রবু দোলাই থৌহুনা খিলহল্লে। ভরতনা হায়রম্মী—"রামবু অযোধ্যাদা পুরক্পা ঙম্লবদি ফরে। নত্রবদি ঐথোয় মসিনা লোইরবনি। অযোধ্যাদা অমুক্ হন্নক্লরোই। পৃথিবী পুম্নমক্ ক্বংগনি হায়রবস্তু ঐনা ইয়াম্বু থাদোক্কদবদি লৈতে। ঐ শ্রীরামগী মনাইনি।"

সুমন্ত্র সারথিনা মচীন্মনাউবু বন ময়াদা থারে। মক্কম্ অহুদগী ভরত শত্রুঘ্ন অনিমক্ মথোঙ্না চৎপা হৌখ্রে। মথোয়না মথং মথং চৎখিহুনা 'চিত্রকূট' য়ৌরক্লে। রাম লক্ষ্মণ অমসুং সীতাসু মতম্ অহুদা চিত্রকুট চীংদা লৈরম্মী। মথোয়না লম্বীদা লাক্পদা চণ্ডাল নিংথৌ গুহক-কী ময়ুম্দা মতম্ খরা লেপ্লম্মী। মথংদা গঙ্গা যমুনা অনিগী তিন্নক্কম ঈরোঙ্ময়াদা লৈবা ভরদ্বাজ মুনিগী আশ্রমদা অহিং অমা লেক্লম্মী। ভরদ্বাজ মুনিনা তাকুনা চিত্রকূট-তা লৈক্কম্ ওইনখ্রিবনি।

ভরতনা খোঙমী লাম্মী লোয়ননা লাকুনা গুহক হায়বা চণ্ডাল নিংথৌ অহুগী মরৈবাক্ লানশিনখিবদা, গুহক্না শ্রীরামচন্দ্রগী ক্কত্তবা তৌনবা লাকপনি থন্দুনা লানগীদমক শেম শাখি। মমৈদা

ভরতকী অশেংবা মতৌ উবদগী মহাক্না লমজিংদুনা চিত্রকূট-তা লাক্মিন্নখি ।

লক্ষ্মণম্ন তেংগোল্ ময়ায়া নিন্বা মথোল্ তাবদগী লাল্ লাক্ল-মায়ে থন্দুনা উ কাহুনা য়েংলক্লে । ভরতনি হায়বা থঙ্লবদা লানগী শেম্ শানবা হোৎনরক্লে । রামনা নোকুনা হায়রক্ই—"লক্ষ্মণ ! নঙনা খল্লিবদু নত্তে । নিঙ থিনা য়েংউ ।"

লক্ষ্মণনা মুন্না অমুক্ য়েংলক্পদা উরে—ভরত অদু লান পায়-দুনা লাক্পা নত্তে । অত্তোনবা ঙিজেৎতা, মথোঙনা লাক্পনি । রামগী মাঙ্দা ইকাইজরদুনা লক্ষ্মণনা উদগী কুম্থরক্লগা হায়রক্ই—"ঐনা লান্থ্রে, য়াম্বুং ! ভরতনা লান্ তৌবা লাক্পা নত্তে ।"

ভরতনা মাগী লাম্মী তেংগোল্ মথৈ থাপ্না থনম্লে । মচীম্ননাউদং চীংদা কাথৎলক্লগা রামগী মথোঙ্ কোন্দুনা নোং থোংবগুম্ কপ্লরে । মপাইবুংত্তো দশরথনা নোংগাথিবা পাউ তাবদা রামগী থবায় য়ায়া শোক্খ্রে । হোনবী মতুংইন্না ইরুজথোক্লগা অচম্বা উহৈ য়াহৈনা মপাগী শ্রাদ্ধ শোল্লে ।

শ্রীরামনা অরাবা মৈচাক্ হাইফেৎ হন্থরবদা ভরতনা হংগৎলক্ই—"য়াম্বুং ! অযোধ্যাদা লেঙ্লসি ।"

রামনা হায়রকই—"ভরত ! ইমাইবেম্মা কৈকেয়ীবু তাথীগন্নু ! হজিক্ ইমাগী থরাই য়ায়া রারয়গনি । অদুগা ইপাগী রাশক্তি, মচা ঐথোয়না ভাক্লবা হোৎনফম্ থোক্ই ! নঙ্ হল্লো, লৈপাক্ ভাক্লু । চহি তরামরিদং থাঙ্লগা ঐ লাকে । মতম থবা অসিদং থাঙ্লম্মু, লৈবাক্ প্রজাবু মপু পান্দনা হন্দোক্পা য়াদে ।"

"কনাবো য়াম্বুং ! ঐবু নিংথৌ ওইহন্নু হায়রবা । রাম লৈত্রবা লৈবাক্তা, ঐনা লৈরুবা ঐ ভম্‌জরোই ।  মকম অসিদগী ঐ হল্লবোইদবনি"

রামনা হায়রকই—"শেরাম্নগন্নু । অপঙ্‌বগুম্‌ নিংঙাই চাউগন্নু । ইপাগী য়াশক্‌ মতোল্‌ লোমদনা ঐ অযোধ্যাদা হল্লোই । ঐবু মুংশিরবদি লৈবাক্‌পু মপু পান্দবা ওইহন্‌গন্নু ।"

ভরতনা কপ্লা কপ্লা হায়রকই—"প্রজাবু, লৈবাকপু ঙাক্তবা য়াত্রবদি, কদায় ; য়াম্বুংগী খুড়ুম অনিহু পীনবীয় । অযোধ্যাগী সিংহাসন্দা লাংচক্লগে । ঐনা য়াম্বুংগী য়াথং পুদুনা লৈপাক্‌ ঙাক্‌চরমগে ।"

রামনা ভরতকী মতৌদা মুংশিরহুনা চেংনা কোন্‌বীখ্রে । তোংলম্বা খুড়ুম লৌথোক্লুনা পীরে ।

ভরতনা মরাম্বগী খুড়ুম অনিহু মকোক্তা হাপলে, থম্মোইদা কোন্‌শিল্লরে । হায়রকই—"অহুগা য়াম্বুং ! চহি তরামরি হেক্‌ শুবদা অযোধ্যা য়ৌবিরক্লদবনি । ঐনা মুমিৎ মশীং থীবদা, অরোইবা মুমিত্তা হেক য়ৌবিরক্তবদা ঐ মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিগনি ।"

রামনা তাক্‌পীরক্‌ই—"মুংশা থীগন্নু । ঐ শোয়দনা লাক্লনি । ইয়াম্বনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নথোয় পুম্নমক্‌ মঙ্গল ওইসন্নু । ঐনা হল্লক্‌পদা ইপা ইবুংঙোবুদি উবা ফংলরোই । ঐগী ইপাপ্‌না থোক্‌পনি, ইরাইবক্লনি । ইমাশিংদা ঐনা খুরুম্‌জবা থঙ্‌হল্লু, ঐখোয় মুংঙাইনা লৈহৌই হায়না তম্মু ।"

ভরতনা কপ্‌নুনা হায়রকই—"নিংথৌগী মচা মমৌনা ভসি বন্দা মুংঙাইরবা । মণি মুক্তাতনা লৈতেংনবা, অহাউবা অথুম্বতনা চাঙ্গাক্‌ ওইনবদা মিংচিনা য়েংলম্‌দবা—অহুগুম্বা নিংথৌগী মচা মমৌনা—

ফিভম্ অসিদা মুংঙাইরবা ? সনা হকুচাংদা করি থোল্লিবা ? উথানা য়াহিপ্ক্ষম--চীঞ্জারা উহৈ ; থরুবনা ইফুৎ-ঈশিং ; ফমুংনা শজ্ঞি মণ্ডন , মোননা পাম্বোম—মসিবু মুংঙাইবা ? তমজরুগনি, ননাইনা উজরিবা মুংঙাইবা পুম্নমক অসি অমত্তা চিংথদনা তমজরুগনি ।”

কপ্পা কপ্পা ময়াম্বা থুরুম্লে। সীতাগী থুয়া উফুল লোরে। লক্ষণবু কোনবীরম্লে। খুড়ুম অনিহু মকোক্তা হাপ্লগা কপ্পা কপ্পা মমায় ওনখ্রে।

অস্নুম্না অযোধ্যা য়োরগা সহরগী মতাইদগী হেম্না চণ্ডশিন্নে। মফম অহুদা অত্তুম্মক সিংহাসন থম্নগা, খুড়ুম অনি অহুবু নিংথৌ ওইনা লাংলে। মথক্তা পে থাল্লে। মহাক্না লৈমায়দা ফমহুনা থোগনগী মওংদা লৈবাক ভাকলক্লে। শত্রুঘ্নস্মু ময়াম্বগী মতৌগুম চহি তরামরি অহু উকু শেৎ, জটা পুহুনা লৈবাক ভাকপা য়াওরক্লে। মী-লাই পুন্নমক্না শোম্নরক্লে। ভরতনা ময়াম্বা নিঙবা মতৌ অসি উবদা য়াইকৈ য়াইফৈ হায়নরক্লে।

মওঙ অস্নুম্না মন্থরাগী ফত্তবা শরৌ অহু খুদক্তা কেমহুনা ভোকখি। অহুবু ফত্তবা মী অমত্তগী খুজৌন্দগী অযোধ্যা লৈবাক্তি মুৎপগা চপ মান্নখি।

ফত্তবা সঙ্গ তৌগমু
মমি ফাওবা নেৎকমু।
থাপ্পা কোইনা চখোকউ
ভাম্নরবস্থ চেম্বোকউ।

## ৱাহং

১। রাম্না যুবরাজ ওইগনি তাবদা মথৱাই শোক্না মুংঙাইখিদবা অদু কনানো ? মহাক্না কৈকেয়ীবু করম্ ঙৌনা মপূক্ ওল্হন্থি ?

২। কৈকেয়ীনা হায়বদা দশরথনা য়ৈথংপা ঙমখিদবা করিগীনো ? মতুগী মরম শুগাইনা তাকউ।

৩। রামবু বন চংনবা য়াথং কনানা পীথি ?

৪। ভরতনা ময়াম্বা নিঙ্বগী খুদম উৎলু য়েংশি। মহাক্না মতৌ করম্না ময়াম্ববু ঙাইখিবগে হায়রু।

৫। "ফত্তবা সঙ্গ ঙৌগদু" হায়বনা হৌবা শৈরেংমচা অসিগী মরমদা শন্দোক্না ভাব তাকউ।

---

# অরণ্য কাণ্ড

ভরতনা চংখ্রবদা মতম্ থরা চিত্রকূটতা লৈরগা মথোয় অহুম্মক্ দণ্ডকারণ্যদা অমুক্ লাক্লে। পঞ্চবটী কৌবা মফম্দা ঊনাগী থাং-পোক্ অমা শাদুনা মুংঙাইনা লৈরক্লে।

রাম লক্ষ্মণ অমসুং সীতানা পঞ্চবটী য়ৌরক্লবদা চাউরবা উচেক অমথক্ লাক্লুনা হংলে "নথোয় কনা কনানো ?" রামনা মথোয়গী মশক্ মমিং তাক্লবদা উচেক্ অদুনা হায়রক্ই—"রাম! ঐগী মিং 'জটায়ু' কৌই। ঐদি নপাগী মরূপ্নি।" রামনা জটায়ুবু মপাগী মরূপনি হায়বা তাবদা সীতা অমসুং লক্ষ্মণগা লোয়ননা খুরুম্লে। জটায়ুনা মথোয়গী শঙ্শাবদা য়াম্না তেঙবাংবীরম্লে।

মথোয়না মকম অসিদা চহি তরামরি অহু লোইত্রিবা কাওবা অহুম লেপ্লগে থপ্লম্মী। অদুবু লাইনদি অহুম হায়না তম্লমদে।

পঞ্চবটীগী মনাক্তা বন অমদা রাবণগী মচন নূপী 'শূর্পণখা' কৌবী অমা লৈরম্মী। মহাক্না নোংমা চথোরকপদা রামবু উবদগী চঙলক্লুনা য়েংথি। মহাক্না রামগী মশক মতৌ উবদা পাম্লম্মী। মী ওইনা চঙলক্লুনা হায়রকই—"হায় মী! নঙ ঐবু লোনা। ঐবু লোজ-রবদি নঙ নিংথৌ ওইবা ফংগনি। ঐ হিংচাবগী মপু রাবণ নিংথৌগী মচম্নি।"

ইকাইবা থঙত্রবী হিংচাবী অহুগী রাঙাঙ ভারগা রামনা হায়রকই—"য়েংউ, ঐদি নূপী থিরবনি। ইনাক্তা কমলিবসিনি।" শূর্পণখানা মসি তাবদা সীতা লৈরবদি মহাক্না রামদা লৈব ফংলরোই হায়হুনা সীতাবু য়োংকে হায়হুনা পাইশিল্লক্লে। সীতানা কিরহুনা রামগী মতুংদা লোংখ্রে। লক্ষ্মণনা শাউহুনা হিংচাবী অদুবু মনা, মনাতোন ককথংলে। কিরহুনা শূর্পণখানা রা রা লাউনা কপ্তুনা ময়ুমদা চেনখ্রে।

মাগী মতৌ উবদা খর, দূষণ কৌবা হিংচাবা অনিনা লাম্মী তেংগোল পুহুনা রাম লক্ষ্মণবু হাৎনবা লান্দারক্লে। অদুবু মরাইবক থীবনা রাম লক্ষ্মণগী মখুত্তা পুম্নমক মথরায় থাখ্রে। শূর্পণখানা চেনথিহুনা মবুং রাবণদা পাউ তম্মুরে।

রাবণগী মমা 'নিকষা' হায়বী অহু সুমালী হায়বা হিংচাবগী মচানূপীনি। নিকষানা ঋষি বিশ্রবাগী মনাক্তা চত্তুনা মাগী সেবা ফংজগে হায়জরুই। বিশ্রবা ঋষিনা মুংশিবীরহুনা নিকষাদা মচানিপা অহুমথক পীবিথি। বিশ্রবাগী মচানিপা কুবেরনা সনাগী লঙ্কাদা

পাল্লম্মী। নিকষানা কল্লকুনা মচা শিংবু লাইনিঙ্ নবা ইন্‌শিল্লক্লে। নিকষাগী মচাশিংদি মথংশিংনা রাবণ, কুম্ভকর্ণ অমসুং বিভীষণ কৌই। মমাগী য়াথংনা মথোয় অহুম্মক্ চপ মান্নানা লাই নিঙ্‌নরক্লে। ব্রহ্মানা পেন্‌বিরতুনা রাবণদা বর পীগে হায়ররে। রাবণনা হায়রকই —"ঐ অমর ওইনিঙ্‌ই।" ব্রহ্মানা মতুদি হৌনদে হায়ররবদা রাবণনা অমুক্ হায়রকই—'অতুদি লাই, যক্ষ, রক্ষ, গন্ধর্ব্ব কিন্নরনা ঐবু হাৎপা ঙম্‌দবা ওইসনু।"

ব্রহ্মানা হায়রকই—"হৈ, মতু ওইরসনু।"

রাবণনা বর নিবদা মীগা, য়োংগনদি করিসু তৌজবা ঙমলোই, মথোয়দি মচৌক্লাক্‌নি হায়তুনা পন্‌থিদে। মতু উবদা ব্রহ্মাদি মুংদা নোক্‌থি।

ব্রহ্মানা কুম্ভকর্ণদা অমুক বর নিয়ু হায়রক্লে। লাইয়াম্‌না ইন্‌শিন্দুনা সরস্বতীনা মাগী লৈয়েঙদা তোংতুনা হায়রক্‌ই—"ঐদি থা তরুক্ তরুক্ তুম্‌জগে।"

ব্রহ্মানা হায়রক্‌ই—"হৈ, মত ওইসনু। অতুগা নঙ্‌না তুমলি-ভৈদা হৌদোক্লবদি মুমিং অতুদা নঙ্গী শিবা ওইসনু।"

কুম্ভকর্ণনা থল্লক্‌ই—"হৈ, হৌদোক্‌হন্দ্রগা লোইরে, মথোয় মথৈনা মরাইনা শেন্নজগনি।"

মাগী মতৌ উবদা রাবণদি মথরায় য়াম্না রাখি। অদুবু বর নিথোক্‌প্রবনা গতি লৈথিক্রে। বিভীষণনা নিরক্‌ই—"ঐদি মতম্ পুম্নমক্তা ধর্ম্মদা পূক্নিঙ্ লুপ্‌চগে।"

ব্রহ্মানা পেল্লতুনা হরাউনা বিভীষণবু মানা পাম্‌জবা বর পীবিরম্‌লে।

মথংদা রাবণনা মহাদেব অমুক নিঙথুনা মীনা ফংঙমদ্রবা খুৎলাই ঙাক্তা অমুক লৌখ্রে। হায়রদগীসু মহাক্তি কল্লিবনি। অদুগী মথক্তা কনানসু হাৎপা য়াদনবা বরগা ফংলে। মহাদেবনসু অমুক খুৎলাই পীশিনখ্রে। হৌজীক রাবণনা কনাবুসু কিবা লৈখিদ্রে। অহানব-মক্তদা মহাক্না ময়াম্বা কুবেরবু নমথুনা তাম্থোকলে। সনাগী লঙ্কাদা মানা পাললৌরে। কুবেরনা কৈলাস পর্ব্বততা মহাদেবগী শেগা তাংথুনা লৈখ্রে। অসুম তৌনা মরৈবাক শেম্বা লোইরবদা রাবণনা স্বর্গগী লাইমথৈ ফাওবা মায়থোবা পীথুনা স্বর্গ মর্ত্ত্য অনিমক খুথুম চনশিনখ্রে।

অদুমনদি ওইরগা মানা করিসু লৈতনা থনখিবা মী অমসুং য়োংদগী মহাক্না অৱাবা তাখিদবদি নত্তে। য়োং নিংথৌ বালীনা মহাকপু কয়ারক হয়না লাক্লিবিখি। অদুবু মহাক মঙান মশা চাউনা পানবদি থক তোকখিদে। মীনা, মুংঙাইবদা শীংথানৈ—রাবণমুক মুংঙাইবে হায়না।

শূর্পণখা হায়বী অসি রাবণ অসিগী মচনুনি। রাবণনা খঙদবদগী মাগী মরা অদুবু হাৎখি। মরম অদুনা মচল অসিগী মকাদা ইকাইবা অমা হায়রদগী লৈরম্মী। লাক্লিবা মচনগী মূর্ত্তি অদু উবনে, মাগী পাউদমগা তাবনে রাবণ শাউবনা মৈ হোরে। মহাক্না রামগী মাঙনবা শীনগে হায়না থল্লকলে।

রাবণনা 'মারীচ' হায়বা হিংচাবা অম্দা হায়রকই। মারীচ অসি রামনা অঙাং ওইরিঙৈদা তেন্না থাথুনা থাপ্না লংথোকখিবা অদুনি তাড়কা হিংচাবীগী মচানি। রাবণনা হায়রকই—"রামনা

ঐগী ইচননুংগীদা ইকাইবা পীরক্লে। ঐনা লম্বন চপচানা খুমগনি। নঙনা মত্তেং পাংবা ঙাক্রি।"

মারীচ অসি মায়ামন্ত্র য়াম্না হৈ। ওঙ্গিঙবা পোং ওনবা ঙম্মী। মরম অদুনা সনাগী শজি ওন্দুনা রাম সীতাগী মমাঙদা চেল্লু হায়রকলে। মারীচনা রামবু কিজবনা হায়রকই—"ঐদি রামবু কিজৈ। মাদি অচম্বা মী নত্তে। লাইপোকনি। মানা পীশক পীক্লিঙৈদা ঐ শিরক্রবনি। ঐবু মতু তৌহনগনু।"

রাবণনা শাউদুনা হায়রকই—"হায়বা ইন্দ্রবদি ঐগী খুত্তা নঙ শিরগনি।"

মারীচনা খল্লকই—"য়াত্রগা ঐবু রাবণনা হাংখ্রগনি। অদুগী শক্লকপুদি রামগী মখুত্তা শিজখিগে। চেন্দুনা হিংজবস্নু য়াই।" অসি খন্দুনা রাবণনা হায়বা ইনগে য়াখ্রে।

রাবণনা মাগী পুষ্পক কৌবা দোলাই অপাইবী অদু খৌরকলে। মচি অমদা খম্লগা মারীচপু মখৌ তৌরুনবা হাম্না খাখ্রে।

অশোমদা পঞ্চবটীগী থাংপোক শঙ ময়াদা ফমদুনা রাম সীতা অনিনা মুংঙাইনা বারী শানরম্মী। সীতানা খঙহৌদনা উরকলে—সনাগী শজি অমা মাঙদা তুবং তুবং চেল্লরে। রামদা উংলগা সীতানা মদু ফাবিয়ু হায়রকলে।

রামনা হায়রকই—"সনাগী শজি লৈবা হৌনদে। মায়া ওইরমগনি।"

অদুবু, সীতানদি য়াবা মরৈখিদ্রে। মরম অদুনা পূক্লিঙদা থাজদ্রবমকস্নু লীক্লং ভেন পায়দুনা হৌগৎলকলে। রাম শজিগী মতুং ইন্দুনা চংখ্রে। শজি অদুবু হিংনা হিংনা ফাগদবনি। অদুনা খুংলাই

থাবা ঙমত্রে। অদুম কয়া তান্নরকলে। অস্ত্রম অস্ত্রম অশুকপা বন মনুং য়োশিল্লকলে। মাঙদা চেল্লম্বা শক্তি অদু উথিত্রে। রামনা কোয়না অস্ত্রম থিরক্লে।

অস্তুন্না রামনা লাপথোকখ্রবদা রাবণনা রামগী মখোল মায়া লাউরকই—"হা লক্ষ্মণ, ইয়াম্বগী ইবুংঙো, ইয়াম্বদি শিবা তারে, থুরকউ।"

মখোল অসি তাবদা সীতানা পাথৎলদুনা লক্ষ্মণদা হায়রকই – "ইবুংঙো! থৌদ্রগনু, কদোমদনো হুজীক লাউথিবদু, চেনখ্রো, নয়াম্বগী থবায় কন্নু।"

লক্ষ্মণনা হায়রকই—"ইমা ইবেম্মা! মরুংশা থীবিগনু। মী, লাই, হিংচাবা কনানসু য়াম্বুংবু করিস্নু তৌবা ঙমলোই। হিংচাবগী মায়া ওইরমগনি।"

সীতানা অস্তুম থেম্নম্বদগী থীনা থীনা চৈরক্রবদা লক্ষ্মণনা থোক্লবা হায়বদু মঙায়রে থল্লকলে। মহাক্না থাংপোক্কী অকোয়বদা লীরুং থোংজিনা লৈই অমা কোয়না চিংলগা হায়রকই—"ইতৈমা! লৈই অসিগী রাংমা লাপ্থোকপিরমগনু। ঐ য়াম্বুংবু থিক্করগে।" অসি হায়দুনা চেম্থোকখ্রে।

তাঞ্জা অসিতা থোক্লবা হোৎনরম্বা রাবণনা ভিক্ষা নিবা মী শাদুনা সীতাগী মাঙদা লেপ্লরে। রামগীদমক্তা মুংশা থীজবী সীতানা মপান্দা মহাক্না ভিক্ষা নিবদু করিস্নু তাথিদে। রাবণনা লাউরকই— "ইমুং অসিবু মী লৈতবরা? থোঙজীন্দগী ভিক্ষা নিবা মী হুনথিবা তারিবরা?"

সীতানা ইমুংদা তারকলে। মুংশা খীতুনা রামগী কত্তবা খোক্তনবা ভিক্ষা হাপ্পা খোরকলে। লক্ষণনা হায়রম্বা লৈয়ি অতুগী রাংমা লাম্না মখোড থাংদোক্লুরে। তফিং তফিং তোংনবদা মত্থ কাউক্লরে। লৈয়ি অতুগী রাংমা হেক লাংম্থাক্লকপদদি ওম্থোকপনি। চাকনিবা শারিবা রাবণনা সীতাবু খংথাং থাংতুনা চেল্লকলে। মতলাক হারাক্লবগুম খোক্লবী সীতানা লাউরকই—"হা রাম! হা লক্ষণ! কনবীয়ু, ঐবু কনবীয়ু। সীতাবু হুরানবনা হুতুনা পুরিবসি উত্রবরা?" অসিনচিংবা লোইবা নাইদনা কপ্পগা লাউবগা তৌরকলে। রাবণনা মায়া তৌতুনা নোংথক্তা অমুক চং লৈমায়দা অমুক চেন তৌরকলে। সীতানা কপ্পা, লাউবা অমদি চোং কনবা তৌরিবতু করি অমত্তম্থ নাচুংদে।

মশাগী অপণবা মতৌ নিণশিংলতুনা সীতানা তেংথারকই—সনাগী শক্তি করিগী পাম্লুবা! রাম লক্ষণ লৈরিবদবু মী লাই হিংচাবা কনানা সূর্য্যবংশগী মৌবু হুরবা ঙমগনি? অতোনবগী চঙজকম ওইবা হে ভগবান, রারবী ননাইবু কনবীয়ু। নঙদি থঙদ উদবা লৈত্তবনি. তৌঙমদবা লৈত্তবনি ইপুরোয়ববু থুনমক থঙহনবীয়ু। হে শিংশিবা মুংশিং, নহাক্তি মকম থুদিঙ শীনবা থুংবনি। ঐগী রাম কদাইদা চংখ্রবগে—পাউ থরা পুবীথো। হে উদবা লৈত্তবা অরাংবদা থোক্লিবা মুমিৎ— ঐগী রামদা মাগী সীতাবু হুরানবনা হুখ্রে হায়না তাকপীয়ু। মাবু লমজাংবীরকউ, তাকপীয়ু—অশোমদা, অশোমদা। হে ঈচেল নাইবী তুরেল ও! নঙদি লৈবাক খুদিঙ থুংনা চংশীনি, পুম্নমক্তা থেংনবীনি, পাউ অসি ঐগী ইবুংঙোদা থরা তাকপিয়ু। —অসি হায়না হায়না সীতানা মশাদা লৈতেং ওইনরম্বা পোৎ-চৈ

পূন্নমক লৌথোক্লুনা থাদরক্লে। রামনা করিগুম্বা থেংনরবদি মহুপী থোঙ্গুল লৌহ্নুনা মাবু থিরক্কবা হায়হুনা।

হক্জৌক রাবণ পৃথিবী মথক্তা চংথিত্রে। নোংথক্তা বাংনা পাইরক্লে। সীতানা কপ্লহু মীরমলেন্দা কনাম্ন তাথিত্রে। লাইগী নোংদমনা লমথাঙদা জটায়ু থেংনররে। য়েংলকপদা মানা সীতাবু মশক থঙলক্লে। মিংকুপ অমগী মতম মাঙহন্দনঃ রাবণগী লম্বী থস্তুনা হায়রকই—“হাই, পাপী রাবণ! দশরথকী মযোবু পুরিবা করিগীনো? হূরানবা, হক্জৌকমক নতিক থোকপা তৌগনি। জটায়ু হিংলি হায়বা থজ্রা?”



জটায়ু

জটায়ুগী বাঙাঙ তাবদা রাবণনা মশাগী মূর্ত্তি ওন্নক্লে। মকোক চন্না মপাম্বোম কুন পানবা অকিবা শকফমনি। অনিমক অকনবা

লান তৌনরক্লে। রাবণগীদি খুংলাই য়াওই। অদুগা জটায়ুগীদি মচীনগা খুজীনগা অসিস্তনা খুংলাইনি। জটায়ুনা রাবণগী মকোকশিং অদু মথং মথং থদংলি, অদুবু মায়ানা অমুক হেক্তা শৌগংলকই। অসুপ্না থংপগী লোইবা নাইত্রবদা জটায়ু অদু অহল ওইবনা পাংগল শোত্বরক্লে। তাপ্পা অসিদা রাবণনা মাগী মশা শারুং নামথক থাডনা ককথংখ্রে। মশা নামা য়াওত্রবদা পাইবা য়াত্রদুনা জটায়ুনা সীতাদা হুংশিনা য়েংলম্লগা লৈমাইদা হাইথখ্রে।



রাম লক্ষ্ণ

অশোমদা রামস্ম শক্তি অদুবু চডনা কাবা য়াত্রবদা তেম্না থাদুনা হাত্তোক্লে। শিরমদাইদা শক্তি অদুনা মারীচ হিংচাবা ওক্লে।

রাম ঙকপগী থেংখ্রে। অদুবু, মসি হিংচাবনা মহাকপু পুথোক্কদবগী মায়া তৌরম্বনি হায়বা খঙবদগীদি ঙপথফম খঙখিদ্রে। থাংপোক ভয়া কয়া চেল্লকলে।

লমথাঙদা লক্ষ্মণগা থেংনরে। খায় পাথত্তুনা রামনা হংলকই—"হাইমা, ইবুংঙো! নঙদি করিগী লাকলি? নতৈমদি কমদৌরমগনি।" অসি হায়না হায়না মথোয় অনিমক মিৎকুপ অমগী মন্নুংদা থাংপোক য়োনবা চেল্লক্লে। য়োক্কাখ্রিঙৈদগী কৌরকলে—"সীতা! সীতা! ইতৈমা! ইতৈমা!" খোঙ্গেল অমত্তনা থুম্নকখিদরে। শূন্যবা উমংদা খোম্বাঙ য়ৈরক্লে—"সীতা! সীতা!"

থাংপোক্কা লৈত্রে খঙলবদা হাইদোক্নুনা অতৈদা থিরকলে। থরা চৎলগা সীতাগী খুজী অমা তারমত্তুনা খুল্লে। শোয়দ্রে—হুরানবা অমনা সীতাবু পুথিবা তারে। মথংদা থরা অমুক চৎলগা লীক অমম্মু থেংনরে রাম লক্ষ্মণনা হৌনা কৌরকই—"সীতা সীতা!" শোর থিংবমথৈ অনিমক মায়থৈগে সাত্তুনা চেল্লরক্লে। হেক ফংবদা হুরানবা অদু মথরায় লৌগনি।

অমুম্না কোয়চেন চেল্লকপদা লমথাঙ মচি অমদা ঈহং নাইহং শারবা জটায়ুগা থেংনররে। রাম লক্ষ্মণনা হংলকই—"করি মতৌনো অসিদে? কনানা নশা কক্কথৎলম্বনো?

জটায়ুনা শোয়া কৌরকই—"কনানো? রাম নত্রা? ইপাগী ইবুংঙো! লঙ্কাগী রাবণনা সীতা পুত্তুনা চৎখ্রবনি। ঐনা থিংবা ঙমহৌদ্রে। নথোয় অনিনা লাকপা ফাওবতদি পলহনগে তৌরুবনি। লাইবক্না মত্থ থোকখিদ্রে। অসিদং হায়রম্মগা জটায়ু লেকথখ্রে। রাম লক্ষ্মণনা মাবু মৈ থাবনচিংবা হৌনবী তৌরম্মগা মথং মথং সীতা

খিবা চৌরকলে। চীং-মান, তুরেল, পুখ্রি, গুহা, উরক য়ারক অহাঙবা মফম অমত্তা থাক্তনা উপলম্বা ঙনা কাওবা লোংথোক্তুনা থিথি।

মীরমলেনগী নত্তবা,
ওইথোক্কবা পোংতুনা,
মিত্তাবা থক তৌগমু,
পূক্লিঙ শেরায়গমু।

## য়াহং

১। লক্ষ্মণনা শূর্পণখাগী মনা, মনাতোন ককখিবা করিগীনো ?

২। রাবণগী মপা মমা কনা কনানো ? মচীম্মনাউ মরিনা বয় ফংনখিবগী য়ারী লীয়ু।

৩। রাবণনা সীতা হুখিবগী মরম করিনো ? সীতা হুনবা হোৎনবদা মহাক্না করি লৌশিং তৌখি অহুগা করম্বা অয়াবা মায়োক্লখি।

৪। মাগী খোঙ্গুল লীরক্লবা সীতানা করি করি লৌশিং তৌরম্মী ? রাম লক্ষ্মণনা লম্বীদা কনাগা থেংনখি ?

৫। ওইবা হৌনদবা পোং পাম্নগা করি খোকপা য়াই—পাওতাক পীয়ু।

---

# শবরী

অহুম্না সীতা থিনা থিনা লাকপদা রাম লক্ষ্মণনা মতঙ্গ মুনিগী আশ্রম য়ৌরকখি। মফম অদুদা মুনিগী য়াথংনা শবরী কৌবী লাইনিঙবী অমনা শ্রীরামবু মতম কুইনা ঙাইহনা লৈজরম্মী। মতঙ্গ

মুনিনা শিরমদাইদা তাকপিরম্মী—"শবরী! নথরায় হকচাং য়াওনা শ্রীরামবু অত্নমক নিঙজৌ। নঙগী নকমদা শোয়দনা নোংমদি দর্শন পীবিরগনি। রাগন্থ, ঙাইবা কল্লু।"

মুনিগী য়াথং মতুং ইন্না মতম অত্থুদগীনা ঙসি ফাওবদা মহাক্না উহৈ য়াহৈ হেক্লুনা, লৈ-স্নুনা লৈতেংত্থনা শ্রীরামবু ফমত্থনা ঙাইজরক-লিবনি। অম্ম্না ঙাইজবা অসি নোংমত্তা নত্তে, নিনিতা নত্তে। মাগী নহা ওইরিবৈ মতমদগীনা হুজিক হনুবী ওইরবা ফাওবনি। মুমিৎ খূদিঙগী অনৌ অনৌবা উহৈ হেক্লুনা, খূদা থাগনা নোংঙানবদগী মুমিৎ তাবা ফাওবা ঙাইরকপীনি।

অম্ম তৌই। মহাক্না তেকলুবা উহৈ খুদিঙমক মানা মগাউ তংত্থনা য়েংই। অহাউবত্থতা থম্মী। রামনা হাবদা মুংঙাইনবা হায়ত্থনা। ঙসিদি মাগী লাইনিঙ মহৈ য়াল্লে। মবুংঙোনা মাঙদা লেপপিরয়ে। মমিৎকী পিনা মবুংঙোগী চরণ শেংদোকচবে। মানা থিজবা উহৈ কংলে। শ্রীরামনা হরাউনা হা'নরে। শবরীনা তংত্থনা য়েংলগা অহাউবত্ত হাপ্‌পী, হাগুতবনা হুন্দোকখি।

অম্ম তৌত্থনা শবরীবু লানবিরম্লগা রাম লক্ষণনা ঋষ্যমুখ চীংজাউ তান্না অমুক লাকলে।

অহানবা খুদিমক্তদা
পূর্ণচন্দ্র হেক্রুমক হনগন্থ
নশাগী নিঙবা থাগনু
পোলোই লেপ্পমক ফসন্থ।

### ৱাহং

১। শবরীগী লাইনিঙ্ করম তৌই? মাগী নিঙ্বা থুংখিবরা?
২। শবরীগী মতৌ য়েংলগা করি কান্নবা ফংই—শন্দোক্না তাকউ।

---

# কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ড

কিষ্কিন্ধ্যাগী নিংথৌদি বালীনি। মাগী মনাউ সুগ্রীব হায়বা অমা লৈ। মচৌন্মনাউ অনি তিন্নবা য়াদে—য়েংথীনৈ। বালীদি য়াম্না কল্লি। লৌশিংসু শিংই; সুগ্রীবনা ময়াম্বগা লাম্না পাঙবা ঙমদে। বালীনা মনাউনিপা অসিবু থীনা তৌদুনা তাম্থোক্পিখি। লৈকম্ লৈত্রবা সুগ্রীবনা ঋষ্যমুখ চীংজাউদা থুপ্তুনা লৈখি। ময়াম্বু কিজবনা মতম পুম্নমক্ত মমিং মনা ইথক থক্তুনতা লৈ। লোংচরবা অসি ফাওবদা তান্নরক্তুনা হাত্তোক্পিরগদ্রা হায়বগী অকিবা থাদোক্পা ঙমদে। মরম অদুনা য়াম্না ৱানা হিংবা তারম্মী।

রাম লক্ষণনা মকম অসি য়োরক্লবদা সুগ্রীবগী মন্ত্রী হনুমাননা থেংনদুনা তরাম তরাম তৌনা পুবক্ল। লক্ষণনা মচৌন্মনাউগী মশক তাক্লবদা, হান্নদগী হৌনা মগুণ তারম্লবা সুগ্রীবনা রামগী খোঙ্ পায়-তুনা থুরুমলে। লোইবা নাইদবমথৈ কল্লকলে।

হনুমাননা হায়রকই—"ইনিংথৌ হবুংঙে', ৱারুরগনু নহানমথৈ বালীনা শুংলকপত্ হুজিক্কি অরাবা কোক্লগনি। হরধনু থুদেক্পা, পরশুরামবু জয় তৌবা, মপাগী ৱাশক্ ঙাক্নবা চহি তরামরি বনদা উকু-রশেং জটা পুন্দুনা, উইহেনা চরা তন্না শ্রীরাম অদু ঙসিদি মাঙ্দা ঙান-

বীররে। হুজিক্তি কনাবুস্থ কিফম্ লৈত্রে। ওসিদগী অরাবা কোক্ল-বনি।"

রামনা হংলকই—"মরূপ! হায়য়, মুংঙাইতবা করি লৈবগে?"

সুগ্রীবনা হায়রক্‌ই—"প্রভু! ননাইগী অরাবদগীদি প্রভুগী অরাবনা হেল্লি হায়না উজরে। তাক্পীয়ু, করম্না অরাবা লোৎপি-রিবগে? ননাই ঐখোয়গী থরায় হক্চাংগা শিন্নবা য়াবা ওইরবদি পাঙ্খোক্লবা হোৎনজগে।"

রামনা সীতা হুথিবগী রারী পূম্নমক্ তম্লে। সুগ্রীবনা হায়-রক্‌ই—"চুম্লে, নোংমা হিংচাবা অমনা নূপী অমা পুথিবা উহৌই। সীতা দেবী ওইবা শোয়দ্রে। লৈক্ অমগা ফি অমগা থাদবীরম্মী, মতু ঐখোয়না খুজিন্দুনা থম্জরি, য়েংবিয়ু।" হায়দুনা পুথোক্লে। উবমক্তদা রাম লক্ষণনা সীতাগীনি হায়বা খঙ্লে। মতু উবদা লক্ষণনা অঙাংগুম্ মতৈমা কোহুনা কপ্লক্লে। রামগী থম্মোইস্তু নিকখ্রে। য়াম্না রানা মিৎস্নাদা ঈরা লোৎখরে।

সুগ্রীবনা হংগৎলকই—"মরূপ রাবিগনু। রাবণ অতু ফনস্থ মথৌনা লৈরমসনু। ঐগীস্থ য়োং তেংগোল্ লৈজে। মাগা পাবদা করিস্থ নোপ্লাই। শোয়দনা সীতা উদ্ধার তৌগনি।"

মথংদা রামনা ভাক্পিরক্‌ই—"মরূপ! হুজিক্তি নহাকী রারী অমুক তৌরো, তারসি। ভারগা ঐনা নঙ্গীদমক করি তৌবা ভমগদগে য়েংগে।"

সুগ্রীবনা, মাবু ময়াম্বা বালীনা ওৎপা নৈবা পূম্নমক অমত্তা চিথদনা তম্লে। মাতবু কিবনা লোত্তুনা লৈবগী মরমস্থ থওহল্লে।

রামনা ভাকপীরকই—"মরূপ। ঐনা নঙবু শোয়দনা কিষ্কিন্ধ্যাগী অপু ওইহনগনি। ঐনা রাশকুনা হায়রিবনি।"

অসুম তৌনা মৈবু সাক্ষী থমদুনা মুমিৎ অদুদগী রামগা সুগ্রীবগা মরূপ শায়খ্রে।

নোংমগী মুমিৎ অমদি শ্রীরাম অমসুং মাগী কাওবুশিং লোয়ননা কিষ্কিন্ধ্যা কোমুংদা লাকুনা সুগ্রীবনা বালীবু লান শোক্লনবা কৌথোক্লুয়ে। রামদি উরক অমদা উৎন্দনা লৈহোরে। মমুংগী মতম অসি খঙদবা বালীনা করিস্থু উমীত্তুনা থোরকুনা সুগ্রীবগা লান থেংনরে। মরানা কনবা হেনমনবনা সুগ্রীব অদু থাঙবা ঙম্লক্তে। অদুবু শিগদোরবা মতম অসি ফাওবদা হায়নখিবা মতুং ইন্না রামনা তেন কাপ্লক্তে। থাঙবা ঙমত্রদুনা সুগ্রীবা চেল্লক্লে।

মহাক্লা রামদা হায়রকই—"তেন কাপ্পিরক্ত্রবদি করি তৌরে। ঐবু অদুম্মক শিহল্লগে তৌবিবরা?"

রামনা থেমদুনা হায়রকই—"ঐদি নখোয় অনিমক নশক নচু চপ মান্নরমগনি হায়বদি থল্লুদে। তেন কাপকে হায়দুনা শেম শাদুনা লৈরিবসিনি। নখোয় অনি লাক্লখিবা মতমদা নঙনা করম্বনো, বালীনা করম্বনো খঙদবদগী কাপ্পা ঙমদবনি। ফরে, হৌয়েংদি নঙক্তা লৈ পরেং অমা শিরগা শোক্লো, ঙসিদি হল্লসি।"

মতুংগী মুমিত্তসু বালীনা করিস্থু থৌশাবিদনা চোংথোরকুনা সুগ্রীবগা লাক্লরে। সুগ্রীব অদু শিগদোরকলে। থাঙবা ঙমশিল্লক্তে, তাঙ্গা অসিমক্তদা রামগী তেন্না থাদুনা বালী লৈপাক্তা হায়থখ্রে। মতম অদুদা লেঙথোরক্লবা রামবু উবদগী মানা হায়রকই— "নথুত্তদি অকনবগুম্না খুংলাই পায়বা শারি। তুরান লান্নাদা ঐবু

হাৎপদি অকনবগী মতৌরা ? মী অনি লান পানরিঙৈদা অদুম্না নারোন্দা তেন কাপ্পা হৌনবরা ?"

রামনা হায়রকই—"নঙদি পাপ চেনবনি, নঙদি নরমচৎ চুমদবনি। নঙবু হাৎপদা পাপ লৈতে, পূণ্যগী থবক তৌবনি।"

অস্থুম্না বালী শিখ্রবদা রামনা স্থগ্রীববু কিষ্কিন্ধ্যাগী নিংথৌ হাপ্পিরে। অদুগা বালীগী মচানিপা অঙ্গদবুনা যুবরাজ থিন্দোকপিরে। অস্থুম্না স্থগ্রিববু শেম্বিরম্লগা রাম লক্ষণনা 'মাল্যবান' কৌবা চীংথক্তা লৈরকলে।

মতম অতু নোংজুথা ওইবনা নোং হাংলগা সীতা থিসি লেপ্পখি। অদুবু নোং হাংখ্রবা ফাওবদা স্থগ্রীবদি মরা মপাউ তাখিদ্রে। নিংথৌগী ভাঙবন্দা ফমতুনা নুংঙাইহৌথোকখিবদগী কাউখ্রে। লক্ষণনা নোংমা চতুনা থীনা ভাঙলুবদগী স্থগ্রীবনা রামদা ঙাকপিনবা হায়জরগা মফম থুদিঙমক্তগী য়োং পূম্নমক থোমগৎলক্লে।

য়োং পূম্নমক অদুবু কাংবু মরি থোক্না থায়দোক্লে! কাঙলুপ থুদিঙগী মতিক চাবা অমমমবু লুচিংহন্দুনা মায়কৈ মরিমক্তা সীতা থিবা থারক্লে। রাবণনা পুথিবা শেংলবস্থ রাবণনা সীতাবু কদাইদা থম্লিবগে হায়বহুদি কনানস্থ খঙদ্রে। মরম অদুনা সীতাগী লৈফম হায়া খঙদবা য়াদে।

রাবণগী কোম্নুংদি মথারোমদা লৈ। মরম অদুনা অদোমদদি থায়দগী লিংবা কাঙবু থারক্লে। কাংবু অসিগী সেনাপতিদি অঙ্গদ-যুবরাজনি, হনুমান অমসুং জাম্বুবাম্নচিংবা অশিংবা মী ভরুকথকস্থ-মাগী কাঙবুদা য়াওরি।

অরাং, নোংপোক অমম্তুং নোংচুপ্ত থিনরবা বাংবুদি সীতাগী লৈফম্ খঙ্নদতুনা ভম্মরক্লে। মথারোম্‌দা চৎথিবা অঙ্গদগী কাণ্ড্বু-ভমক্ ভায়রে। অঙ্গদনা অসুম্ থিনা থিনা লাক্পনা বিন্ধ্যাপর্ব্বত য়ৌরক্লে। থা অমরোম্ হৌদোক্খ্রে। অদুবু সীতাগী লৈফমদি খঙ্বা মরৈত্রে। মমৈদা মখোয়না দণ্ডক বনদা থুংলরে।

বন অসিদা অভাংমচা ব্রাহ্মণকুমার অমা মতম্ চাদনা শিখি। মচাশিবগী বাবনা মপা ব্রাহ্মণ অদুনা শাপ তৌরম্মী হায়তুনা বন অসিদা উইহ বাইহ অমত্তা পানথিদে। তুরেন্ খোঙচুংদা ঈশিং অমত্তা লৈত্তে। চানা থক্কবা পোং অমত্তসু ফংদবনা য়োং মথৈনা মকম অসি য়াম্না ব্রানা লাঙ্গোক্লে। মখোয়না অনৌবা বন অমা চঙ্লকপদা হিংচাবা অমা থেংনরে। চাদ হক্তা লাক্লগা অমুক্ হিংচাবা থেংনবা! কৈ কিহনা চেল্লগা শথম শুক্রবগুম্ থোক্লরে।

য়োংয়াম উবদগী হিংচাবা অদু ভংদুনা পাইশিল্লকলে! অঙ্গদ সেনাপতিনা চোংথোক্লুনা হিংচাবা অদুগা অকনবা লান্ থেংনরে। ভাইগাক্ লৈরগা অঙ্গদনা হিংচাবা অদু পাক্তা নম্থুরগা হাত্তোক্লে।

থবা অমুক্ চঙ্শিল্লক্লে! মাহুদা মখোয়না গুরুং অচৌবা অমা থেংনরে। মতুগী মনুংদা চঙ্থিবদা মখোয়না পাতাল য়ৌরুরে। মফম্ অদুদসু সীতাবু থিবা ফংদ্রে। নিঙ্বা কায়রদুনা মখোয়না চীং অদুগী অরোইবা মতাইদা লাক্লে। মফম অসিদা মখোয়না 'সম্পাতি' কৌবা উচেক্তা অমুক্ থেংনরে। সম্পাতি অসি গরুড়গী মচানি, জটায়ুগীনা ময়াম্বনি, মতে অমদা মহাক্তা তুমিৎপু ফাগে হায়দুনা মনাক্ নক্শিন্না পাইথৎলুবদগী মশা অনিমক্ চাক্থেকখি। মশা চাক্খিদুনা নোংথক্কগী লৈনা লৈনা তারক্লগা বিন্ধ্যা চীংজাওগী মথক্তা তাখি।

মহাক্সা য়োংশিংবু উরগা হায়রকুই—"রাবণগী কোম্নুংদি রাম্মা লাপ্‌লি। সমুদ্র লাম্থোক্তবদি চৎপা য়ারোই।" অস্নুম্মা মাগা রারী থরা শানরবদা মহাক্সা অমুক্ হায়রকুই—"ঐগী অরাবা উবীবদগী মুংশিবীত্নুনা মুনি অমনা তাকপিরম্মী মত্তুদি, রামায়ণ তারগা ঐগী চাক্‌থেক্‌খ্রবা ইশা অসি অমুক্ শোরক্কনি। মরম অত্নুনা নথোয় কনাগুম্বনা ঐবু রামায়ণ তাহন্‌বীবা ওম্বা য়াওবরা?"

অঙ্গদগী য়াথংনা হনুমাননা রামায়ণগী রারী লীবিরক্লে। রারী তানা তানা সম্পাতিগী অনোবা মশা অমুক চোংথৎলক্লে। রারী হেক লোইবদা মশা পানবস্ম লোইরক্লে। সম্পাতি অদু শিরুবদগী হিংলক্লে। হরাউজবা পান্দম্ লৈত্রে। রাম নামগী মতিক মগুণ উবদা য়োং পূম্নমক্স ওক্লখ্রে। সম্পাতিগী মচানিপা 'সুপার্শ্ব'স্ম মপাগী চীঙ্গাক্ হুনবা লাকপদা মপাগী মশা শোরম্বা উবদগী হরাউজবনা লোইরে হরাউবনা তৌবীমল উৎলম্নগা মপামচা অনিমক অরাং পাংনা পাইথৎখ্রে।

রামগী জয়কার লাউত্নুনা য়োংশিংনা মখা পাংনা অমুক্ কুম্থরক্লে। মমৈদা মথোয় পূম্নমক্ সমুদ্র মপাল য়োরক্লে। মমাঙদা থংলিবা চাউরবা সমুদ্র অদু উরগা থল্লকুই—লঙ্কা চায়বদু অমুক্তং য়োবা ওম্নবদিকো। সমুদ্র অসি কয়া পাক্লিগবা। কম্দোনা লানগবা! অস্নুক্ রানা লী-থুন থঙলক্লগা লান্‌বা ওমদত্নুনা তোক্লগত্রা! অস্নুম্মা থম্নত্নুনা মথোয়গী হৈনিঙলম্বা পূম্নমক্ অস্নুম অস্নুম মরোং তাশিন্নক্লে। অঙ্গদ যুবরাজ অদু মকোক্তা মথুৎ হাপলক্লে। কনানা মসি লান্‌বা ওম্গবা!

হনুমাননা হায়রকই—"ঐ লাইবক য়েংলুগে। ময়াম অসিদা লাইরম্মু। ঐনা হন্নক্তি মথৈ চখোক্লমগনু।" হনুমান অসি মশা পীকশিনবা, চাউখোকপা ঙম্মী। জাম্বুবানচিংবনা য়ারে। হনুমাননা লঙ্কা য়েংলক্লবা হায়না লেপ্পরে।

হনুমাননা ঙম্মথৈ মশা চাউখোরক্লে। মানা চোংবদা থাঙবা ঙম্মনবা হায়দুনা মহেন্দ্র চিংজাউদা কাথংলক্লে। ঙম্মথৈ কন্না চোংলক্লে।

হনুমানগী মথৌনা চাং য়েংনবা হায়দুনা লাই ময়াম্না সুরসা কৌবী নাগমাতাবু থারক্লে। সুরসানা হিংচাবীগী মুর্ত্তি লৌদুনা হনুমানবু য়োংকে হায়বা মতাঙম অতিয়া থোন্না ময়া কাথোক্লুনা হনুমানগী মমাঙদা থংলরে। মদু উবদগী হনুমাননা মাগী মশা অদু মুথক ভরা চাউখোরক্লে। সুরসাসু হায়দগী মুথক কুন চাউথংলক্লে।

হনুমানসু মুথক নিফু চাউথংলক্লে। সুরসানা মুথক মরিফু চাউখোকখ্রে। মমৈদদি অসুম চাউবা ঙাম্নরকপদা সুরসানা মুথক চামা ফানা চাউখোরক্লে। হনুমান লৌশিং তৌরক্লে। মশা থংপীক পীকশিন্দুনা খুৎপী মুক্তা চাউনা সুরসাগী ময়া মনুংদা চঙশিনখ্রে।

সুরসা ময়া থংউম উমশিল্লে। পাইরক ফবা হনুমাননা মাগী মনাকোঙ চক্ররোমদা ফাওদোরক্লে। মাগী মথৌনা উবদা সুরসানা মাবু আশীর্ব্বাদ পীবিরমদুনা চৎখ্রে। হনুমান অমুক চোংলক্লে। সুরসাগুম্না হন্দকসু সিংহিকা কৌবী হিংচাবী অমসু ময়া কাথোক্লুনা লৈরমলে। হন্দকসু হনুমাননা পীকশিন্দুনা ময়া মনুং চঙলগা হিংচাবী অদুগী মবুক হোগায়দুনা থোরক্লে। মদুদা হিংচাবী অদু অদুম্মক শিহোরে।

অস্তুম ভৌনা লাকপনা য়াচঙবা মতমদা লঙ্কাগী ভোর্ব্বান্দা' থুংখ্রে। মশা চাউরবা ভোক্তুনা হনুমাননা পীকখ্রবা য়োংনাউ মচা অমগুম্না কোম্নুং লৌ'মদা পাংলক্লে।

## ৱাহং

১। রামগা সুগ্রীবগা মরূপ শান্নখিবগী ৱারী লীয়ু।

২। রামনা বালীবু লোম্না হাৎখিবা চুম্বরা? মরম হায়য়ু।

৩। দণ্ডক বনদা উটৈহ ৱাহৈনচিংবা পোৎ ফংদবা করিগীনো? অঙ্গদগী কাঙবুনা মক্কম অতুদা কনাগা থেংনখি?

৪। সম্পাতি কনানো? মাগী মরমদা অথঙবমখৈ হায়য়ু।

৫। হনুমাননা লঙ্কা য়োনবা সমুদ্র চোংলকপদা অপনবা করি করি থেংনখি শন্দোক্লু তম্মু।

---

# সুন্দর কাণ্ড

চীংথক্তা লৈবা, ৱাংচাউরবা নুংগী চেকপন্না কোয়শিনবা রাবণগী কোম্নুং অতু উবদা হনুমান ঙকপগী থেংখ্রে। অস্তুম চঙশিল্লক্লে। মমশিল্লক্লে। মমাঙদা অকিবগী মশক ওইরবী মূর্ত্তি অমা সনথোঙদা লেপ্তুনা লৈরমলে। মহাকালীমক্না কোম্নুং ঙাক্তুনা লৈরম্মী। হনুমাননা কালীবু লৈশী লৈথোন ভৌনা খুরুমলে। পেনবীরতুনা অমস্তুং হনুমানগী মশক উরগা হল্লকউ হায়বা মহাদেবগী য়াথংস্তু লৈতুনা মহাকালী লেঙখ্রে।

হনুমাননা স্থাবমথৈ মশা পীকশিন্দুনা কোন্থং মগুং চঙলক্লে। মচি থুদিঙ চঙ্তুনা থিরকলে। রানা থিরবা মতুংদা রাবণগী লৈকোন্দা লৈবা অশোক বনদা সীতা লৈরম্লে। সীতা মরু লুকথত্তুনা কপলি। অকোয়বদা অকিবগী মশক ওইবী হিংচাবীশিংনা শঙতুনা লৈরি। হিংচাবীশিং অত্থুনা লোইবা নাইদনা জবেঙ জবেঙ ভাঙলি।

হনুমাননা অৱাংবা অশোক পাম্বী অমগী মথক্তা কাথংলে। মহাক্না থল্লকই, করম তৌনা ঐনা সীতাগী মাঙদা লেপলুসিবা! হিংচাবগী মায়ানি থন্দুনা কিতল্লুবতুম থোক্লগদ্রা। মসি হেক থল্লকপদা রামনা মডোন্দা পীরকপা খুদোপ অমগী রা নিডশিংলক্লে। রামনা হায়রকই—"নঙনা সীতা থেংনরবদি খুদোপ অসি উংলু। নঙবু ঐগী মীনি হায়বা থঙগনি।"

অসুম থল্লিরৈঙদা হিংচাবীশিং অতু কদাইদনো চংথোক্লখ্রে। হনুমাননা উথক্তগী শোল্লকই—"জয় রাম।"

"রাম রাম" শোল্লকপা তাবদা সীতা থংপেক থংই। মথক্তা য়েংথংলকপদা উদগী কুমথরক্লিবা হনুমানবু উরকলে। সীতানা ইঙক ভক্লা লৈরবদা হনুমাননা খুরুম্লগা রামগী খুদোপ অতু কংশিল্লে। মপুরোয়বগী খুত্তা শিবা খুদোপ অতু উবদা মদুবু কোকথক্তা হাপ্লগা সীতা অমুক নৌনা কপথরে।

হনুমাননা তমদুনা রাম লক্ষণনা মাবু কয়া রানা থিবা হোৎনরিবা হায়বতু থঙলে। অদুগা য়োং তেংগোল লোয়ননা থুনমক মহাকপু লৌবা লাক্লগনি হায়বসু তারে। ভাইহাক পুকমেম পাওমেম্মরগা হনুমান বিদায় লৌখ্রে। সীতাগী মকোক্তা ফুম্লম্বা মণি অমা খুদম ওইনা হনুমানদা পীখ্রে।

সীতাগী মনাক্তগী চথোরক্লগা হনুমাননা খল্লকই। শ্রীরামগী মনাই অমনা হূরানবগুম্না তুমিন্না চঙলক্লগা তুমিন্না অমুক হনথিবা



অশোক বনদা

হৌন্দে। রাবণ নিংথৌগী মপাংগলম্ন য়েংথোকথিবনা চুম্মী। অসি খন্দুনা করিনো অমদি তৌরমগে লেপ্লে। লৈত্তুনা য়েংলকপদা

রাবণগী অমৃত বন অমা লৈবত্থ উরক্লে। বন অসি চাইথায়রমগে থক্লে। হনুমান বন্দা চঙলক্তুনা চাইথায়বা হৌরক্লে। অহাউবা উহৈ কয়া চারে, কয়া থুদেক্লে, উপাল কয়া ফুক্তোক্লে। বন শঙলম্বা হিংচাবশিংনা হনুমান উরক্তুনা চেম্থোক্লরকপদা হনুমাননা লোইনা হাত্তোক্লে। পাউ অসি রাবণ য়ৌরক্লে। রাবণনা হনুমানবু ফাননবা অকনবা হিংচাবা কয়া থারক্লে। মথোয় অদুসু হনুমাননা লোইনা হাংথরে। মমৈদা রাবণগী মচা ইন্দ্রজিৎ মশামক লাক্লে। মহাক্না হনুমানবু নাগ পাশনা পুনশিনখ্রে। হনুমানস্থ মহুদা তুমিন্না অদুম্মক য়ারে। মরমদি, রাবণগী মশক থঙনিঙবা অমসুং মাগী কোমুংগী ফিবম উনিঙবনা।

ইন্দ্রজিৎকী য়াথংনা হিংচাবাময়াম চঙদুনা হনুমানবু পুরক্লে। রাবণনা মাবু উরগা শাউবনা থুদক্না হাত্তোক্লো হায়রকই। রাবণগী মনাউ বিভীষণনা পাউ চৎপা মীবু হাৎহৈদে হায়না থাম্নকই। অদু ওইরবদি মমৈদা ফি য়েৎলগা থাউ হজিন্দুনা মৈ-চুশিল্লু। মহুদা হিংবা শিবা মরাইবকনি। ফি য়েৎলে, থাউ হৈজিল্লে। মৈ হেক চুবদা ভ্রোঙ ভ্রোঙ চাকৃথৎলাক্লে। রাবণনা নোক্নুনা হায়রকই— "কমদোই ? য়োং, লম হেনখোদনা ?" অদুবু নোকপগী কাখোক্লুবা ময়া অদু অঙকপদা ওস্তোকখ্রে। কিবগা ঙকপগা চঙক্লখ্রে। "জয় রাম" হায়না লাউদুনা হনুমাননা অমুক্তং হুনখিবদা য়ুমথক অমদা তাখ্রে। য়ুম অদু থুনমক মৈ হৌরকলে। অশুম্না অমদগী অমদা চোংদুনা হনুমাননা য়ুম পুম্নমক মৈ থারক্লে। সীতানা লৈরিবা বন অদুতদি মৈনা কিদুনা চঙখিদে। লঙ্কা কোমুং অদু মৈগী মৈ মক্তা মঙায়খ্রে। শুপী অঙাং কয়া মৈনা চাকখ্রে, অশোল অনা কয়া

শিনখ্রে। অসুন্না লঙ্কা মথক মথা ওল্লম্নগা মমৈগী মৈ অদু মুথত্তনা হনুমান অমুক সমুদ্র লাল্লক্লে।

জাম্বুবাম্নচিংবনা হনুমানগী মচৌন্দগী য়ারম পুম্নমক তাকহুনা হুরাউনরে। হনুমানবু মথোয় ময়াম চঙহুনা সেবা তৌনরক্লে। হুরাউ মথোই কাকবা য়োং তেংগোলশিংনা কিষ্কিন্ধ্যা লৈবাক্তা অমুক হল্লক্লে। হনুমাননা সীতাগী মণি অদু কৎলবদা শ্রীরামগী মিৎস্নাদা ঈরা চেনখরে। হনুমানবু চেৎনা কোনবীদুনা অরাবা কোকহনবীরে।

সুগ্রীব, অঙ্গদ, হনুমান, জাম্বুবাম্নচিংবা ময়ামগা মথাগী পোৌরম খম্নরক্লে। লানগী যাত্রা তৌনবা খোরাও তৌনরক্লে। য়োং তেংগোলগীদি খোরাও খোইনা চাউদে, মশা মশাদৎ তোগৎনরগা লোইরে। অফবা মুমিৎ রামা য়েংদুনা মশীং লাকওমত্রবা য়োং তেংগোল লোয়নননা রাম লক্ষণনা লানগী যাত্রা তৌবক্লে। সমুদ্র মপাল য়ৌরক্লবদা পুম্নমক্ জ্ঞান মাঙনবে—"কমদৌনা লানগনি!"

## বাহং

১। হনুমানগা সীতাগা করম তৌনা উন্নখি?

২। হনুমাননা রাবণগী অমৃত বন করম থুগাইখি অমসুং মদুগী মহৈ করি থোকখি?

৩। হনুমাননা মাবু নাগপাশনা পুনবা য়ারিবা করিগীনো? মমৈদা মদুগী মহৈ করি থোকখি?

---

# লঙ্কা কাণ্ড

হুঙ্গীক্তি রাবণ ভাব তারক্লে। তুমিন লৈথোকপা য়াক্লে, হনুমাননা সীতা উথ্রবনিনা শোয়দনা রাম লক্ষণ লাক্লগনি। অদুবু সীতাবু ইরেম্না পীথোকখিবস্ম ডমক্লে। মহাক পীকথগোগনি। মগুণ ময়েং তারগনি।

রাবণনা অডম অথৌ ময়াম কৌরক্লে। হয়া হয়া খন্নরে। অতৈ পূম্নমক চপ মান্নরে। সীতাবু হনখ্রবদি লঙ্কাগী লৈমজবা লৈক্লে। মাগী মনাউ বিভীষণতনদি হায়রকই—"মহারাজ! ঐথোয়না সীতা হুক্রবা অরানবা থবক্লি। হনবীখিবনা ফগনি।"

রাবণনা হায়রকই—মথোয়না শূর্পণখাবু লাক্লরকপদি করিগীনো?

বিভীষণনা হায়রকই—"ইচন নূপীনা মীবু ওংলুবদগী ফংজরকপা মরৈনি। মানা কাইহৌক্লবগী তোবান। মীনা থক লান্দে। হনুমানবু নিডাশিংবীম্ম। মথন্তনা লঙ্কাবু কংস্না ফিবম ওইহল্লখ্রা। মাদি অচম্বা পাউ পুবনি। মাগুম্বা কয়া কয়া লোয়নদুনা রাম লক্ষণনা লাক্লবদা ঐথোয়না তোক্লগদবা কারনো?"

হিংচাবা পূম্নমক্না বিভীষণবু চৈনরক্লে। মী-য়োংবু কিবা শারিবা অসিবু করম্না হিংচাবনো? ফা ফাদুনা চাথোক্লগা লোইরবা তীনগুম্বাশিং অদুবু ঐথোয় হিংচাবনা কিগদৌরিবা—অসিনচিংবা।

রাবণনা হায়রকই। অদুদি রাম লক্ষণ, অহুগা মথোয়গী য়োং তেংগোল অহুদা ঐগী ইকোক নোন্দুনা চডজক হায়রিবরা? মহুনা ঐগী লৈমজনবা মতৌরা?

ইন্দ্রজিৎনা লাউরকই—“ইভোন ইবুংঙোনা হঙ্গৎলিবসিদি মহারাজবু নমথনিঙবতনা ভৌবনি।”

রাবণনা মৈ হৌনা শাউহুনা হায়রকই—“নঙগুম্ববু ইনাউ ওইরুহুনা করি কায়গনি? চখোকখ্রো। হুজীকমক ইমাঙদা লেপকমু। ঐগী লৈবাক্তস্থ নঙগী লৈফম লৈতে।”

অসিমক্তদস্থ বিভীষণনা তপ্না তপ্না হায়জরকই—“মহারাজ! রাম লক্ষ্মণবু অহুক লায়না থনবিগনু। অচম্বা মী অমা নত্তে। খরদূষণনচিংবা ঐখোয়গী মী মথৈ মথুত্তা তুমখ্রবনি। মহাদেবগী লৌকৎমকপু অঙাং ওইরিঙৈদা থুদেকখ্রিবনি অমস্তুং তাড়কা হিংচাবীস্থ মথুত্তা লানখিবনি। পূম্নমক অসি খঙনা খঙনা থম্থবীদবা ভৌবীগনু। ঐখোয়ত্তগী ফত্তবা থোক্কনি। অরানবনু চুমথোকচবদা করি ইকাইখম লৈগনি। মাগী মনাই অমত্তং ফাওবা লাক্তবা ঙমদ্রিঙৈদা ময়াম হৌরক্রবদি কনানা মায়রোং য়াক্তগনি।”

অসিমক্তদস্থ রাবণগী জ্ঞান তাবা লৈখিদ্রে। হায়গুম্না মনাউবু থীনা থীনা চৈরক্লে। গতি লৈত্রহুনা বিভীষণনা কপ্তুনা রাবণগী মথোঙ কোনখ্রে। শাউরবা রাবণনা মাবু উশীত্তনা লঙনবগুম থন্দুনা বিভীষণগী মকোক্তা খোঙপাক্না কম্না কাওরক্লে।

উপায় লৈত্রবা বিভীষণনা মাগী মতুং ইনবা মচা মনাই খরা পুহুনা খুদক্তা রামগী নাক্তা চৎখ্রে। মাগী মপূক শেংবা মতৌদা রামনা তরাম তরাম লৌশিনবীরম্লে। রাবণ হাৎলগা বিভীষণবু লঙ্কাগী নিংথৌ হাপপিগনি হায়না রামনা বাশক্লে। বিভীষণস্থ মথরাই হকচাং কত্তুনা সীতা উদ্ধার ভৌবদা রামগী মতেং পাংগনি বাশক্লে। অস্তুম্না রাম বিভীষণ অনিমক অচেৎপা মরূপ ওইনখ্রে।।

রাবণগী মনাউ কুম্ভকর্ণশু মরক্ অসিদা শুমিং নিনিদং হৌগৎলম্মী। রাবণনা মাগী মত হংবদা মানা হায়রকই—"নহাক্না দিগ্বিজয় চৎনিঙবা চৎপদা ঐ হরাউনা য়াই। মহাক্দি অকন্‌বগী থবক্নি। অদুগা মপুরোয়বা লৈত্রিভৈদা মীগী নুপী হুরুবদি চুমদে। নুপীবু অদুম্না ওৎপি নৈবীবদি অয়ম্বগী মতৌনি। তুক্কচনবা মশক্নি। মতুগী মরাল্‌দি নথস্তনা ফংগনি। নথস্তস্থ নস্তনা মরাল লৈজদবা প্রজাস্থ অরাবা ভাগনি। অদুক পঙবা থবক করিগী তৌক্করি। ঐনা তুম্লম্‌দবা থোক্লবদি থিংলম্‌গদবনি। অদুবু হুজীক্তি ফস্তে হায়দুনস্থ তৌশিল্লুরবনিনা হিংচাবা শাগেগী চোপ্তুনবা তৌবা তারে। অদুনা লান্‌তৌ, হৌডাই ফজ্রবদি ঐবু হোদোরকউ—।" অসি হায়রম্লগা অমুক্ তুমথখ্রে।

হাংমরোম্‌দনা শ্রীরামচন্দ্রনা বিভীষণবু সমুদ্রগী ঈশিংনা মকোক্তা হৈদুনা লঙ্কাগী নিংথৌ হাপ্‌খ্রে। তেংগোল্ ময়ামগী জয়ধ্বনিনা আত্তিয়া মকোয় পূর্মনিন্ নিনাখ্রে। লাইনা নোংথক্কগী লৈ চাইথরক্লে। অস্থম তৌনা মীরোল তাভৈদগী লোয়নরক্লবা মপুক্ ফস্তবা রাবণগী মকাদগী থোক্চরক্কুনা ভসিদি বিভীষণ অদু মনিঙ তৌজরে। মানা পামজবা ধর্ম্মগী মশক্ ওইরবা শ্রীরামনা মাবু চেৎনা কোন্‌বীরে। বিভীষণ শিরবস্থ ওক্লে।

অদুবু পাক্লবা সমুদ্র অসি করম্না লানগনি। করিগুম্বা উপায় অমত্তস্থ উত্রবদা রামনা সমুদ্র পূজা তৌরক্লে। করিস্থ কাম্লবা ফংত্রে। শাউদুনা রামনা লীক্লংদা তেন্‌গা থোংদুনা সমুদ্রবু কাপ্‌খায়গে হায়না তৌরক্লে। কিরবা সমুদ্রনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লে। মথুং লোম্নদুনা হায়রকই--"প্রভু! ননাই ঐহাক্ ইঙথজরগে।

ইথক্তা থোং শাতুনা লানবীদু। লান লোইত্রিবা কাওবা ঐ তুমিন লৈজগনি। হন্নকপা মতমদা থোং অহুভদি থদংগীরস্মু।"

স্থগ্রীবগী সেনাপতি নল হায়না কোবা য়োং অমা য়াওরম্মী। মানা শোকপা পোং পূম্নমক বর অমদগী ঊশিংদা লুপ্তে। মরম অসিনা মহাক্না মপুং ওইদুনা নুং ঊনচিংবনা পাক্লবা সমুদ্র থত্তুনা থোং শাবা হৌরক্লে। মশীং লাকৃওমদবা য়োংশিংনা অহিং মুংথিল থাকুনা থবক শূদুনা থোং শারে। রাম লক্ষণনচিংদুনা তেংগোল পূম্নমক সমুদ্র লাল্লে।

রামগী তেংগোল উরবা মনাইশিংনা রাবণদা তম্নকুই— "মহারাজ! রামগী তেংগোন্দি সমুদ্র লৈডোইদগীস্থ হেন্না য়াম্মী।"

মপৃক্তদি অথুকপা পোক্লবা রাবণনা করিস্থ থুমদনা থল্লকৃই। মসি পূম্নমক সীতা মশানা য়ারবদি করিস্থ থোক্লোইদবনি। মরম অদুনা মাবু য়ানবা থেম্বনা অহানবা থবক্তি। অসি থন্দুনা মহাক্না রামগী মকোক্ মানবা কোক অমা শাহল্লগা অমস্থং রামনা পায়বা লীক্লং তেন্দোং অদু মানবা লীক্লং তেন্দোংস্থ শারগা সীতাদা উক্তুনা হায়রকুই—"য়েংউ সীতা! ঐগী থুক্তা ওসি রাম শিরবনি। অসিনা মকোক্তি, মসিনা মাগী লীক্লং তেন্দোংনি, য়েংউসে। মরম অদুনা হুজীক্তি কপ্লগমু। কপ্লগা মাবু ফংলক্কদবা নক্তে। হুজীক্তি ঐগী রাণী ওইদুনা কেনা মৌনা মুংডাইনা লৈজরো।"

বিভীষণগী নূপী সরমাদি মতম পূম্নমক্তা সীতাগী সেবা তৌদুনতা লৈরম্মী। মতম অদুদস্থ মহাক্ লৈথি। সীতানা থরায় শোক্না কপ্লবদা মহাক্না লোম্না ইঙ্গিত তৌদুনা রাবণগী মতাংনি হায়বা

খণ্ড্হল্লকই। সীতানা অসুম্না মপূক ফাহূনা লৈশ্রবদা রাবণ শাউনা চৎখি।

রাবণগী য়াথংনা ভস্মলোচন হায়না কৌবা হিংচাবা অমা রামগী তেংগোল মমাঙ্দা লৈহল্লে। মানা য়েংলবদি পোৎ পুম্নমক হেক্তমক উৎ ওই। রামগী তেংগোল্ তুমহল্লবা থোৱাঙ্নি। মতৌ অসি খঙ্লহূনা বিভিষণনা ভাকপদগী কিষ্কিন্ধ্যাদগী লৌরুবা মিংশেল অচৌবা অমনা মাঙ্ থত্তুনা থম্লে। ভস্মাসুর মথন্তা তুমজখরে।

রামগী তেংগোলনা মায়ৈক মরিমক্ কোয়শিনখ্রে। রাবণনা থোঙ্মখৈ য়ৈশিন্দুনা তূমিন্না রা ভাম্নহূনা লৈখ্রে। রামনা অঙ্গদবু রাবণগী রাজসভাদা থাররে। অঙ্গদবু কিবনা থোঙ্শঙ্বশিং লোইনা চেনখ্রে। অঙ্গদনা থোঙ্ নমথেক্তুনা রাজসভাদা চঙ্লরে। মফম অহূদা ফম্নবা হিংচাবা পুম্নমক্ চপ্ মান্ননা রাবণ ভাক্তা ওইরম্মী। ইন্দ্রজিৎ মথন্তদি মাগী মশক হোংদোক্তি। অঙ্গদনা মমৈ কোন-শিন্দুনা রাবণগী সিংহাসনগুম রাংহল্লগা মহূগী মথক্তা ফমহূনা ইন্দ্রজিৎতা হংলকই "নপাদি করম্বনো হায়?"

ইন্দ্রজিৎ খুমদে। অঙ্গদনা থীনা থীনা হায়রক্পদা রাবণনা মাগী মশক্ হঙ্খিল্লগা হায়রকই। য়োং অসি হাৎলু হায়। অঙ্গদনা মাবু ফানবা চঙলক্পশিং অহূ শেগাদা চল্লগা চেক্পল তান্না চোংথংখ্রে। চেকপন্দা হাইহত্তুনা হাৎলে। মথংদা অমুক রাবণগী মথক্তা চোংথরক্তুনা নম্থুরগা, মখোয়না করিস্থু তৌবা নংত্রিভৈদা মাগী লূহূপ্মখৈ শত্তুনা পুররে। রামদা লূহূপ কৎলুরে।

রাবণনা মচানিপা ইন্দ্রজিৎপু লান থাদোররে। অকোংবা লানফমদা কিরক্লহূনা মানা নোংথক্তগী মশক উহন্দনা লান পাররে।

মমৈদা রাম লক্ষণবু নাগ পাশনা পুনখ্রে। রাম লক্ষণ বান্থখ্রে ইন্দ্রজিৎ জয় ওইরে হায়দুনা হনখ্রে।

রামনা জ্ঞান তারিদৈদা গরুড়বু নিঙশিংলম্মী। মিৎনা কুপ্পদা গরুড় পাইরক্লে। মাবু উবদা লিন মথৈ চেয়খ্রে। রাম লক্ষণ অমুক জ্ঞান তারক্লে। অহিং অথেঙবদা অসুম্না য়োংশিংনা হুরাওনা জয়ধ্বনি ভৌরকপা তাবদা রাবণ ঙকখ্রে। চেকপল কারগা য়েংলকপদা শিহৌরবা রাম লক্ষণনা হিংলম্বা উবদা কিবনা লোইখ্রে। মানা খল্লি—শিরবমক্তুদা শিদবা য়েক্লবা অসিগী মথুক্তা লঙ্কা তুমগদৌরিমাল্লে।

মথংদা লঙ্কাগী অকল অথৌ পুম্নমক মথং মথং থাদোরক্লে। থোকখিবমথৈ অমত্তসু হল্লকখিদ্রে। রাবণনা মশামক থোরক্তুনা রামগা অকনবা লান থেংনরে। থাঙবা ঙমদদুনা চেনশিনখ্রে। মমৈদা কুম্ভকর্ণবু হৌদোক্তুনা লান থাজিল্লে। মহাকসু রামগী খুত্তা মথরায় থাখ্রে।

অমরোমগী মাচংদা মতম পুম্নমক জয়ধ্বনিতা লাউবা তাবদা রাবণ তপথফম থঙদ্রে। মথং মনাউ নাইনা থবক শীনবসু ঙমশিল্লক্লে। মতম অদুদা ইন্দ্রজিৎ অমুক থোরক্লে। মহাক্না মায়াগী সীতা অমা পুরকই। মহাক্না মদু রামগী মাংমক্তুদা পুশিল্লক্লগা থাঙনা ককথত্তুনা হাংলরে। মায়া সাতানা কপ্পুনা লাউরম্মী "রাম! লক্ষণ! ঐবু কনবীয়।" মতৌ অসিনা রামগী থরায় য়াম্না শোকহনখি। বিভীষণনা হায়রকই—"মায়া সীতানি, রাবীগনু। সীতাবু মাগুণনা শোকপা মতিক নত্তে।" হনুমাননসু য়েংলুরে, সীতাদি অশোক বন্দা অদুম্মক লৈরি।

ইন্দ্রজিৎনা মওঙ অস্নুম্না রাহল্লম্নগা নিকুম্ভিলা কৌবা যজ্ঞ অদু হৌগৎখ্রে। মানা যজ্ঞ অসি তৌবা লোইখ্রবদি মাবু পাবীনবা



ইন্দ্রজিৎ রাম লক্ষণ হাৎনবা যজ্ঞ তৌবা

ঙম্মী লৈতে। মরম অদুনা বিভীষণনা তাকুনা লক্ষণবু রামগী য়াথংনা মাঙ্গী যজ্ঞ তৌকমদা থাজিল্লক্লে। বিভীষণনা অরোমবা লমী থওই।

মানা লমজিংহুনা লাক্লিবনি। ময়াম্বগী মচানিনা মাবু হাৎননবা তৌবদা মথয়ায় যুংভাইখিদে। অদুবু ধর্মগীদমক্তনি থন্দুনা মথয়ায় শোম্বহনখিদে।

ইন্দ্রজিৎনা মমিং উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরিঙৈদা হনুমাননা মপোৎ মচৈ পুম্নমক লৌথোক্লে। যজ্ঞগী মৈ অহুম্ব মাংথোক্লে। মানা পূর্ণাহুতি পীগে হেক তৌরকপদা তৌরম্লিবা ময়াম অহু উবদা শাউবনা ঙংলক্লে।

অকনবা লান তৌরক্লে। মথন্তুগা লক্ষ্মণগী কাঙবু ময়ামগা। লক্ষ্মণনা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্লুনা মাবু হাৎলে। ইন্দ্রজীৎকী অতোপ্পা মমিং অমা মেঘনাদ কৌই। মানা শিবা অসিবু "মেঘনাদ তুবা" হায়না কবিশিংনা শৈশরুরি।

রাবণ হুজীক হিকথরে। মশা লোইনা থাখ্রবা উজাউগুমখ্রে। পুম্নমক তুমখ্রে। মথন্তুগী মরালনা সনা লঙ্কাবু অচৌবা মং ওইহনখ্রে। লৈমকোনগী নূপীশিংগা মথন্তুগা ঙায়শিল্লক্লে। মুংশিরবা মচা তুথিবদগী রাবণ থাঙবা য়াদ্রে। মথয়ায় খুবাক্তা হাপ্লুনা লান তৌরক্লে। মাগী থ্বায়দগী কল্লবা খুৎলাই শক্তি-শেলনা লক্ষ্মণবু শিবগুমনা লানফমদা তুহনখ্রে। রামগী তেংগোল পুম্নমক লক্ষ্মণ তুথিবদা হাহাকার লাউনরক্লে। রামনা শাউনা রাবণগী মাঙদা লেপ্লবদা রাবণ থাঙবা ঙমদহুনা চেনখ্রে। রাজরক্লবা মনাউনা জ্ঞান তাথিদবা উবদা রাম তেংথারক্লে।

সুষেণ হায়না কৌবা য়োংগী মাইবা অমা য়াওরম্মী। মহাক্না তাক্লুনা হনুমাননা গন্ধমাদন কৌবা চীংদগী শিদ-হিদাক লৌবা চৎখ্রে। নোংঙানখ্রবদি লক্ষ্মণ হিংলরোই। অহুনা হনুমাননা পাইহুনা

চৎখ্রে। রাবণগী য়াথংনা লাইনিঙবা শাদুনা লৈরম্বা কালনেমিনা হনুমানবু শেরাম্মনা অরাবা তাহনগে হোৎনরকই। কুম্ভির ওন্দুনা লৈরম্বী 'গন্ধকালী' কৌবী অপ্সরানা হনুমাননা শোকপদগী হায়গী মশক অমুক ফংলদুনা কালনেমিবু মশক তাক্লম্বদগী হনুমাননা হাৎত্তোক্লে। হিদাক্তি থিবা ফংত্রে। হনুমাননা চীং পূম্মমক ফূত্তুনা অমুক পাইরক্লে। চীং অদু মকোক্তা কোকথোং নারিবনি। রাবণনা সুংশা থীরদুনা নুমিৎ কৌবা লাইবু থুনমক থোক্লবা য়াথং পীরকই। কিরবা নুমিৎনা নোংয়াযগী মতমদা মঙাল হুন্দোরক্লে। হনুমাননা পাইখিদুনা নুমিৎপু মাগী শেগ্রাক্তা চপ্তুনা অদুম্ পুরক্লে। মঙাল-ফাওহন্ত্রে।



হনুমাননা গন্ধমাদন পুবা

সুষেণনা হিদাক লৌদুনা থারে। লক্ষ্মণ হিংগৎলে। হনুমাননা

চীং অহু হায়গী মফমদা অমুক থম্মুরে। লক্ষণ হিংগৎলবদা য়োংশিংনা জয়ধ্বনি তৌরক্লে "রামচন্দ্রনা জয় ওইরে।" সঙ্গাই মনুংদা রাবণনা তারগা থম্মোই তনিক তনিকৃখ্রে।

রাবণগী মচানিপা অমা হুজ্জীকৃম্নু লৈরি। মহাক পাতালগী নিংথৌনি। 'মহীরাবণ' কৌই। রাবণনা মচাবু কৌরক্লে। মহীরাবণ মায়া য়াম্না হৈ। মাগী অকনবা মায়ানা রাম লক্ষণগা লোয়ননা তেংগোল্ পূম্নমক রাম্থহনখ্রে। চৈরক্ অসিদা রাম লক্ষণবু হুহনা পাতালদা পুখ্রে।

মহীরাবণ চৎখ্রবদা তেংগোল্ পূম্নমক জ্ঞান তারক্লে। রাম লক্ষণ উদবদা পূমঙাও ঙাওনরে। অদুবু হোৎনবদি তোকপা য়াদবনা কোয়না থিনরক্লে। হনুমাননা চিংনরক্লহুনা পাতালদা কুমথরে। মহীরাবণগী কোম্নুং থেংনরে। হয়িং ওন্দুনা কোয়থি থিরক্লে। রাম লক্ষণবু মহামায়াগী চরণদা বলি তৌহুনা কৎনবগীদমক মন্দির মনাক্তা লোত্তুনা থম্নিবহু মানা থেংনহুনা থঙলে। হনুমাননা দেবীদা চঙহুনা লৈশী লৈথোঙরুবদা দেবীনা তাকৃপীরক্লে। "মহীরাবণনা বলি তৌরমদাইদা রাম লক্ষণবু দণ্ডবৎ তৌনা খুরুম্নু হায়রকনি। মতম অহুদা মথোয়দি খুরুম্বা হৈতে, তাকপিয়ু হায়হল্লু। মহীরাবণনা দণ্ডবৎ তৌহুনা তাক্লিবৈঙদা নহাক্না মাবু মঙক্ কক্থৎলু।"

হনুমাননা রাম লক্ষণদা মরম পূম্নমক তমলে। মহীরাবণনু থোরক্তুনা হৌনবী পূজা তৌররে। রাম লক্ষণবু বলি কৎনবা পুথোরক্লবদা অমসুং খুরম্নবা হায়রক্লবদা হৈতে তথীয় হায়রে। মানা তথীরিবৈঙদা হনুমাননা মঙক্ কক্তুনা হাৎলে। হনুমানদি দেবীগী

অফমদা ওসায়মথৈ লোত্তুনা লৈরিবনি। মহীরাবণগী মহারাণী অচুনা হনুমানবু হাংকে তৌরক্লে। হনুমাননা মাবুস্তু হাত্তোক্লে। য়োংগী তেংগোল হরাউনরে।

ইন্দক্কি রামগা রাবণগা অকনবা লান শোক্লরক্লে। হনুমাননা তাং তৌদুনা রাবণগী কোম্বুংদগী মাগী মৃত্যুশর লৌক্লরে। মচুনা থাদুনা রাবণ মথল্লায় থাখ্রে।

শ্রীরামনা রাবণবু শিরমদাইদা মনাক্তা চঙলক্লুনা নিংথিনা দর্শন পীবিখ্রে। মরমদি রাবণ অসি ভক্ত অমনি। অকনবা লাইনিঙনা মপা লৈতনা ফাওরম্বনি। রামনা, মতম কুইনা হিংলক্লুনা খঙবা উবা হেল্লবা রাবণদগী রাজনীতি হংহোই। রাবণনা কান্নরবা পাউত্তাক কয়া পীরম্মী। মক্ত ওইবা পাউত্তাক্কি—"অফবা থবক তৌবদা থক পনফদে, ফত্তবা থবক তৌবদনা য়ারিবমথৈ য়েথোকউ" অসিনচিংবনি।

হরাউরবা হনুমাননা শোর থবেং থবেং হোন্দুনা চেল্লক্লে। সীতাগী থোঙদা দম লাউনা তুরগা হায়রকই "ইমাইবেম্মা। রাবণ হাংলে। ঐথোয়না জয় ওইরে।" পাউ অসি তাবদা সীতাগী অল্লাবা ঈরা মুংঙাইবগী ওনখ্রে। হনুমানবু আশীর্ব্বাদ কয়া পীখ্রে।

অদুবু শ্রীরামদি কদায় ? হজীক ফাওবা লেঙলক্লবা করিগীনো ? হনুমাননা রামগী নাক্তা অমুক চংখ্রে।

সীতানা মুংঙাইবা রাগ কয়া শারকই। "অমুক কুইবসি কনানা ইবুংঙোগী সেবা তৌবীরমগনি ? কয়া য়ারিগনি ? কনানা পীজ পীথক তৌরমগনি ? তুমলিঙৈদনা কনানা হুমাই হুমচুনা থোংগল তৌরমগনি ! হজীক্তি অল্লাবা লেল্লকলে। ঐনা ভমজবা সেবা

তৌজত্না পেলহন্নবা হোৎনজরগনি।" অসিনচিংবা মথং মথং লোইবা নাইদনা থন্দুনা মিংকী পিনা ফিরোল চোৎহনখি।

অশোমদা রামনা রাবণবু হৌনবী পোৎলোইবনচিংবা তৌরগা বিভীষণবু লঙ্কাগী নিংথৌ হাপ্পিরে।

অভিষেক লোইরবদা বিভীষণমক্লা সীতাবু লৌক্লরে। মতম কুইনা কায়নরবা মতুংদা ইকাই হংগোইজরবী সীতানা ভপ্পা ভপ্পা বিভীষণগী তুং ইল্লক্লে। চাদ থক্তুদনা য়াঙ কংলবীনি। ফিজেং লৈতেং থাদোক্লবীনি। রামনাম শোঙ্গবতনা লৈতেং ওইনজবী সীতানি।

থাপতক্লা শ্রীরামবু দর্শন তৌজরকই। অদুবু রামগী ফিবম অসিদি করিনো? অম্মুক কুইরবা তুংদা উন্নরগা, অম্মুক রানম্নু হোৎনবিরগা মায়থোং অম্মুক লাংশিল্লথদি করি মতৌনো? ঐবু উরগা শকফম হঙ্গিন্দুনা রা-লান ভাঙদবদি করম্বা রাথল শেরান্নবনো। চিংনরবী সীতানা রামবু থুক্নম্নগা মাঙদা থক থক নিক্তুনা রানা থাঙলক্লে।

রামনা হায়রকই—"সীতা! ঐনা নঙবু হিংচাবগী মথুত্তগী কল্লে। ইপা ইপুগী ইকাইথুম্নবা ভাক্লবা হোৎনক্লবনি। হৃজীক্তি নহাক চৎনিঙবদা চৎচখিবা য়ারগনি। মতম কুইনা হিংচাবগী ময়ুমদা লৈক্লরবনা ঐনদি লৌশিনবা ঙমদ্রে।"

অতাবা মথৈ মকোক্তা মথুং হাপ্লখ্রে। ঐথোয়না অম্মুক রাক্লথত্ন অসিগী দমক্তা ওইরে। ওপ্লোকপনি! অদুবু মচীন কাঙথোকপদি কনাম্নু ঙম্মদবনা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে।

সীতানা য়াথং অসি তাবদা খুদক্তা শিরগে থল্লকলে। শিবতনা শান্তি ফংলগনি। চৎনিঙবদা চৎচখ্রো হায়রিবসি শিবতনা ঐগী লয়ীনি। সীতানা লক্ষণ কৌহুনা হায়রকই—"ইবুংঙো। মৈ হৌগৎলু! থরায় অসি মৈদা কখোকখ্রগে।"

কপ্পা কপ্পা লক্ষণনা যজ্ঞগী মৈ হৌগৎলে। কপ্পা কপ্পা সীতানা রামবু খুরুমজরে। হায়রকই "মপোক খুদিঙগী ননাই ওইনা সেবা ফংজনবা আশীর্ব্বাদ পীনবীয়ু।" মথংদা লক্ষণবু আশীর্ব্বাদ তৌরক্লে। অকোয়বা তেংগোল ময়াম অদুবু চিংনা অমুক্তং য়েংলম্লে। মথংদা, চাক্লিবা মৈবু খুরুম্লে। রাম নাম শোম্না শোম্না মৈনুংদা চোংশিনখ্রে।

রাম-লক্ষণ অনিমক্তা মত্তৌ অদু য়েংনিঙদদুনা ফীজিনা মিৎ খুমজিনখ্রে। থঙহৌদনা কৌরকই—"রাম।"

রামনা মিৎ থংপাঙ পাঙলকপদা উরে। মৈ কৌবা লাইনা সীতাবু কোল্লগা মৈনুংদগী থোরক্লে। অঙকপনি, সীতাগী মশাদা মৈরীক অমত্তস্তু চাক্তে। মফিস্তু মৈনা য়ায়বা লৈতে।

মৈনা হায়রকই—"রাম, সীতাদি সতীনি। মাগী মপুক্লিঙ হকচাংদা পাপ মচেৎ অমা ফাওবা চঙগ্রিবীনি। পাপ লৈরবদি মৈনা চাকদবনি। চিংনবা লৈতনা মাবু লৌশিনবীয়ু।"

রামনা হায়রকই। মীগী মমাঙদা ইকাইবতনা ঐনা সীতাবু লৎনরুবনি। হুজীক্তি শেংলে। মশাগী ধর্ম্মনা মৈরক্তা হিংলরুবীনি। "লাউ, ঐগী নাক্তা চঙলকউ।" হায়দুনা রামনা সীতাবু লৌশিনবিরে। পৌক্লিবী অঙাংগুম সীতা হিক হিক কপচখ্রে।

রাম সীতাবু য়েং ওয়দা পূন্না অমুক ফন্মিন্নবা উবদা লক্ষণগী থুংঙাইজবা ভমথৈ লৈথিল্লে।

চহি তরামরি হৌখরে। অযোধ্যাদা হন্দবা য়াল্লে। সীতাগা সরমাগা কোম্নত্না কপ্পরে। কায়নদবা য়াদবনা মিংকী পি-মরক্তা বিদায় তৌনরক্লে।

রাবণগী "পুষ্পকরথ" কৌবা দোলাই অপাইবীদা রাম সীতা লেঙখৎলে। লক্ষণনা খৌগন তৌরে। বিভীষণ, সুগ্রীবনচিংবসু রাম অভিষেক য়াওবা অদুম্মক চৎমিন্নরে। ঙসিদি চহি তরামরি শুবগী অরোইবা নুমিৎনি। ভরতনা নোংখক্তা য়েংতুনা খোঁরাংনা ময়াম্বা লাকপরা য়েংলি। থাপ্না পুষ্পকরথ পাইরকপা উবদা মমিংকী ঈরা লোয়ননা মীয়ামদা তাক্লকই—"য়েংউ, ঐ শিররোই, য়াম্মুং লেঙলক্লে। লোইরে ঙসি ভরতকী মপোক মহৈ য়াল্লে হায়তুনা জগোই শাখ্রে।"

রাম-সীতা অমসুং লক্ষণবু উজবদা অযোধ্যাগী প্রজা পুম্নমক্না মমিৎ তাঙবা মীনা মমিৎ থংউ উবগুম হরাউজখ্রে।

অসুম তৌনা রামনা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইরে। সীতানা মহারাণী ওইনা ডান্থোইরে। লক্ষণনা যুবরাজ ওইখ্রে।

## বাহং

১। বিভীষণনা মরৈবাক থাদোক্লমতুনা রামগী মীচঙ্দা লেপথিবা করিগীনো? রামনা মাবু করি তৌবীখি?

২। সীতা হুরবগী মরমদা কুম্ভকর্ণনা রাবণদা করি হায়খি?

৩। রামনা সমুদ্র পল শিংখিবগী মরমদা করি থঙই?

৪। অঙ্গদ, ইন্দ্রজিৎ অনি অসিগী কনবা থোবগী মরমদা করি খণ্ডই। ইন্দ্রজিৎপু করম্না হাৎখি ?

৫। রামগা রাবণগা অনিগী লান করম থেংনখি ?

৬। শক্তিশেল্না থাদুনা লক্ষণ তুরবদা কমদোনা হিংগৎহনখি ?

৭। রাবণগী পাউতাক করিনো ?

৮। সীতাবু মৈ ইকথিবগী মরমদা করি খণ্ডই ?

---

# উত্তর কাণ্ড

মতম থরদি য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লে। সীতা মশা বাই শংলক্লে। শ্রীরামগী মজাইবুংডো ফংলগনি খঙবদা প্রজা পুম্নমক নুংঙাইনরে।

অদুবু ওল্লোকপগী মতৌনি। মীনা শেম্বনা অমা, লাইনা ভম্বনা অমা। রাম সীতাগী লাইবক্তা তুং কোইনা নুংঙাইবদি তম্লমদে। প্রজা মীয়াম লঙ্কা অফবস্নু য়াওই, ফত্তবনস্নু কোঙ্গায়নি। মী পুম্নমকী পুকচেল থক মান্নদে। কত্তবা মী থরনা শন্দোরক্লে—হিংচাবগী ময়ুমদা কুইনা লৈরুববী নুপীবু অম্নক লৌশিনবা চুমদবা থবক্নি। পাউ অসি রামগী অরোনবা পাউ পীবা মীনা হংগৎলরে। পাউ তম্লরিবা মী অসিবু রামনা য়োনা থাজে। মানা হায়রকই—"মথোয়না হায়রি ; লঙ্কাদা সীতাবু মৈ ইকথি হায়বদু ঐথোয় উদে। নিংথৌগী মতৌদি লায়রবা প্রজানা তম্লবা মহোশানি। নিংথৌমক্না অস্নুম তৌথ্রবদি ঐথোয়দি নুপী লাকপা ভম্লরোই।"

তাবদা রামগী থম্মোই নিকখ্রে। রামদি প্রজাবু মথরায়গুম্না সুংশিজে। সীতাসু থরায়দগী হেনবীনি। প্রজানা পেন্নদে তাবদা থম্মোই শেগাক কায়খ্রে। পুরিভগী অরাবা পুক্ংদা লোংলে। সীতাবু কায়নগে থল্লক্লে।

মহারাণী ওইরবদসু সীতানা বনগী নিঙথিবা ফজবদুবু থক কাউবা ওন্নমদে। মরম অদুনা অমুক্তং বন য়েংলুসি হায়না রামদা তত্তুনা হংগৎলম্মী। রাকম অসিগা মরী লৈনহন্দুনা রামনা লক্ষণদা হায়রকই। সীতাবু তপোবন য়েংলুসি হায়দুনা পুরগা বাল্মীকিগী তপোবন মনাক্তা থাদোক্তুনা থনম্মু।

তাবদা লক্ষণ মকোক্তা বজ্রনা থাবমুক রাখ্রে। মাগীদমক্তা হিংচাবা কয়া হাংথিবা—মাগীদমক্তা মিৎলুদা ঈরা কয়া চেনথিবা—মাগীদমক্তা তেংথাবা খোঞ্জেন্না উন্নুং রান্নুং কয়াদা খোম্থাঙ য়ৈহনথিবা—মাগীদমক্তা লঙ্কা তুমহনথিবা—অদুগুম্বী ইমা ইবেম্মা সীতাবু মরাল করিসু লৈতনা বন্দা চণ্ডথা থাদোকপা! অদুগী মথক্তা, অযোধ্যানা নুমিৎ-থাগুম য়েংজগদবা—রঘু শাগৈগী মৈরা ওইহোগদবা মুনি অমসু রানা গর্ভদা পুরবী অসিগুম্বী সতীবু বন্দা থাদোকপা। য়াম্বুং! পোকইদগী য়াথং ইঙ্করকপা ননাইনি, ঙসিদি ঙাকপিয়ু। সনা য়াথং অসি ননাই ঐনা পাঙথোকপা ঙমজরোই।

রামনা শাউনা হায়রকই—"লক্ষণ! ঐ নঙগী নিংথৌনি, নিংথৌগী য়াথং ঙাক্কদবনি। থীল্লে।"

গতি লৈত্রবা লক্ষণনা তুমিন্না রামগী য়াথং ঙাকপা তাথি।

য়াম্না হরাউনা সীতা দেবীনা তপোবন্দা লাক্লে। বনগী উরক থারক উরগা মমাংথৈগী রা কয়া নিঙশিংলক্লে। লক্ষণদা লম্মিৎ

তুমিং কয়া হংজরে। মমৈদা বাল্মীকি মুনিগী তপোবন মনাক য়ৌরক্লে। দোলাইদগী কুমথমিম্নরগা লক্ষণনা রামগী য়াথং থঙ-



সীতা অমস্তুং বাল্মিকী

হল্লক্লে। ভাবমক্রা সীতা অহু রাপ্পহনা নৈমায়দা হাইহংখ্রে।

লক্ষণনা সীতাবু থুরম্লগা থম্মোই হাঙনা হাঙনা, রাম্বরিদৈদা দোলাই থোখ্রে। অশুকপা বন মরক্তা সীতা মথন্তা জ্ঞান তাদনা তাহুনা লৈহৌরে। ঙাইহাক লৈরগা জ্ঞান লাক্লুনা হৌগৎলক্লে। মনাক্তা লক্ষণ লৈরমত্রবদা ভেংথারক্লে। "ইথস্তা শিজ্জথিবনা মৈচাক মুৎলগদবনি। রঘু শাগৈগী মৈরা অমা ঐগা শাগোম্লবনা মতুম্ভ ওইথোক্কে। ইপুরোয়বগী য়াথং ইকোক থোংনা য়াফম থোকই। ঐবু মানা থরায়জম মুংশিবীরিবনি। প্রজাগী মপুক্লিঙ থুংনবগীদমক ঐবু থাদোকপিবনি। ইবুংঙো মাগী জয় ওইসনু, মপোক থুদিঙগী মনাই ওইবা ফংজবা ওইসনু।" অসি হায়না মপুক ফাহনা হিংননবা লম্বী থনবা হৌরক্লে।

অস্তুম তৌরিদৈদা লাইগী নোংদম্মা মফম অহুদা বাল্মীকি লাক্লুনা সীতাবু মাগী আশ্রমদা পুশিনবীরক্লে। অকিবা অথুকপা লৈভনা বনগী লাইরেম্বী ওইনা চীক্লা ইঙনা লৈরক্লে। মতম থরা লৈরগা অঙাং অনিথক ফাইবোক পোক্লে। বাল্মীকিনা অঙাং অনি অহুগী মমিং লব-কুশ হায়না থোনবীরে।

পানথৎলকপা থাগুম্মা নোংমা নোংমগী চাউবা হেল্লকপা মজাইবুংঙো অনিগী মশক উবদা পেঙ্করবী সীতানা মপুরোয়বা কায়নবগা অরাবা হাইফেৎ কাউবা ঙমজরক্লে। মথরায় হকচাং য়াওনা মচাশিংবু নিঙথিনা য়োকপা হৌরক্লে। বাল্মীকিনা অঙাং অনি অসিবু রামায়ণ শকপা তম্বীরে। খুৎস্থ খুৎলাই শীজিন্নবস্থ নিঙথিনা হৈংল্লে। রামায়ণগী ঈশৈদা য়াওরিবা নিংথৌ রামচন্দ্রনা কনানো, রাজরবী সীতা হায়বী অসিনা কনানো হায়বহু অঙাং অনি

অসিনা থঙ্জখিদে। মথোয়গী মুংশিবা ঈশৈনা তপোবনগী মুনি ঋষি পুম্নমক্না থম্মোই শুম্মৎখি।

অযোধ্যাদা রামনা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমা তৌরি। মহারাণী য়াওদবা য়াদবনা সনাগী সীতা অমা শাতুনা রামগী ওয়দা থমলি। শত্রুঘ্ননা শগোল মতুং ইন্দুনা লৈবাক লৈবাক্তা কোয়না চৎখ্রি। অস্রুম্না লৈবাক মথং মথং জয় তৌড়না লাকৃশিল্লম্নগা যজ্ঞগী শগোল অদু মমৈদদি বাল্মীকিগী বন্দা চঙ্লক্লে। লব-কুশনা ফজবা শগোল উবদা পামহুনা ফাজিনখ্রে। শত্রুঘ্ননা থেমহুনা নৌহুনা কয়া য়েংলে অদুবু অভাং অনি অহুনা শগোল পীথোরকউ হায়বদি ময়াদ্রে। লান থেংনরে। শত্রুঘ্ন শিবগা পাংথক ওইনা লানফমদা তুখ্রে। পাউ ফংহুনা লক্ষ্মণ, ভরতনচিংবা অমুক লাক্লে। শত্রুঘ্ননা তৌখিবগুম মথোয়সু অভাং অনি অদুবু ভম্বমথৈ থেম্লক্লে। অভাং অনি অহুনা ময়াদ্রবদা পামদ পামদনা লান ভৌরক্লে। অভাংনি হায়হুনা লায়-খোক্লুবদগী মমৈদদি মথোয়সু অভাং অনিগী মখুত্তা তুরে। মমৈদা শ্রীরাম মশামক হনুমান সুগ্রীব অমাদ বিভিষণনচিংবা লোয়ননা লেঙলক্লে। অকনবা লান থেংনরে। অঙকৃপনি, শ্রীরামসু মথোয়গী মখুত্তা তুরে। লব-কুশনা হনুমানবু ফাহুনা আশ্রমদা পুশিনখ্রে। মরম পুম্নমক থঙলবদ সীতা তৌফম থঙ খিদ্রে, চম্মম্লখ্রে।

থৌদোক অসি বাল্মীকিদি করিসু থঙদে। মতম অহুদা মহাক্ লৈত্তে। সীতানা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিগে তৌরিভৈদ বাল্মীকি থুংলরে। সীতাবু থেমহুনা ইঙহল্লে। কমণ্ডলুগী ঈশিং থিকুনা রাম লক্ষ্মণনচিংবা তেংগোল পুম্নমক্ লোইনা হিংগৎহল্লে। রামনা জ্ঞান ভারক্লবদা অভাং অনি অদুবু কনানো হংলকৃই। মুনিনা অশেংবা মশক

তাকৃথিদে—মাগী শিষ্যনি, অরাপ্পদগী মহৈ তমজবা লাকপনি হায়না থুমথি।

রামগী যজ্ঞ লোইবা মুমিত্তা মুনিনা লব-কুশ মচীম্মনাউ পুস্থনা লাক্লে। অঙাং অনিবু রামায়ণ শকৃহল্লে। অতাবা মী মথৈনা মিংকী পি কংনল্লে। শ্রীরামস্থ সনা হকচাং তুকৃথখ্রে। রামনা থৌরাংনা হংলকৃই—



লব-কুশনা রামায়ণ শকলি

"ইবুংঙো অনি—নথোম্মগী নমা নপা মমিং করি কৌই—"

লব-কুশনা ইত্তিং ত্তিংনা থুম্নকই—

"ইপানা নিংথৌ য়াইফবনি
ইমানা বনদা লৈবীনি ॥"

রাম্না চিংনবা অস্ত্রম্ হেল্লক্লে। মিৎস্নাদা ঈরা লোত্তুনা বাল্মীকিদা অমুক ওন্‌শিল্লকই। বাল্মীকিনা হায়রকই—"মহারাজ! অডাং অনি অসি নস্তাইবুংঙো ভাক্তনি। লৌশিন্‌বিয়ু। অতুগা মরাল্ লৈজদবী মমাইবেম্মা সতী সীতাবুস্থ ভসিগী পূর্ণাহুতি অসি য়াওহনবিয়ু।"

শ্রীরামনা লব-কুশবু য়েংৎ ওইদা চেৎনা চেৎনা কোন্দুনা কপ্লগা প্রজাশিংদা য়েংলকুই। রামগী য়াথং মতুং ইল্লা লক্ষণনা হংলকুই—"প্রজানা হুজিক্ ফাওবা সীতাবু চিংনরিবরা ?"

ময়াম্না য়ৌ য়ৌ খুম্নরকুই—"ঐথোয়গী মহারাণীবু ঙসিমক্ উজনিঙ্লে লৌবিরুরো।"

লক্ষণনা রামগী য়াথং পুত্থনা সীতাবু বনদগী লৌরুরে। সীতানা সভা ময়ায়দা লেপ্লরবদা রামগী য়াথংনা অমুকস্থ হংলকই—"য়ানিঙ্-দবা প্রজা কনা য়াওরি।" ময়াম্না খুম্লকই—"ঐথোয় করিস্থ য়াজদবা লৈতে।"

অদুবু শ্রীরামনা সনা মিৎয়েং লৈত্থনা য়েংলকপদা প্রজা থরদি করিস্থ খুমদনা মরু লুত্তুনা লৈবা উরুরে। ময়োন চোংলম্লবা সনা পূক্লিডদা অকনবা মৈশা ফংত্থনা থঙহৌদনা অমুক খুইথরক্লে।

রামনা হায়রকই—"সীতা! ঐনা খঙ্ই, নহাক সতীনি। লঙ্কাদা মৈরক্তগী হিংলক্লবানি। ভসিস্থ প্রজা অমত্তগী ওইরবস্থ মাগী চিংনবা কোক্লবা মৈস্থং চঙত্থনা পরীক্ষা অমুক তৌবা তারি।"

হয়া হয়া অকনবা চৈক্ফু থাঙডমত্রবী লাইবক থীবী সীতানা মমা ইবেম্মা লৈপাক লৈমবু কৌরক্লে—"ইমা ইবেম্মা! নচাবু লৌশিনবীরোগবা।"

লৈপাক লৈমনা খরায় শোকপা মচাগী মীকৌ অদু তাবদা খাণ্ডওমদ্রে। খুদক্তা যজ্ঞ তৌফমগী লৈমায় অদু অনি খোক্লা চিংথায়রক্লে। সীতানা লব-কুশবু মখুৎ পায়দুনা রামদা শিন্নরম্লগা, খুক্লমদুনা, তপ্পা তপ্পা লৈক্রক মমুংদা চঙখ্রে। সীতানা চঙবা হেক লোইবগা লৈক্রক অদুস্নু অদুম্মক তাইশিনখ্রে।

লব-কুশনা ইমা ইমা কৌদুনা কপ্লক্লে। প্রজা পুম্নমকস্নু কপ্লরে। শ্রীরামগীদি থম্মোই মমুংস্নু হাঙলে, মপান্দস্নু করিস্নু লৈথিদ্রে। নিংথৌগী সিংহাসন—রানা ফংলকপা মিংচৎ—পুম্নমক মিংনা কুপ্লদা উৎ রাইগুম্না থনখ্রে। অদুবু, মদু ফাওবদা পুক্নিঙ ফাদুনা প্রজাগী মুংঙাইনবতা হোৎনদুনা লৈবাক ঙাক্লি।

সীতা কাইনবা অসিনস্নু অরাবগী পম্বেংদি ওইদ্রি। মতম খরগী মতুংদা অকনবা চৈথেং অমস্নু অমুক লাকথি। নোংমা কালপুরুষনা লাইনিংবা অমগী মশক লৌদুনা লাক্লগা হায়রে—"রাম! ঐখোয় অনিত্তা ঙাওনগদবা রা অমা লৈ। কনাগুম্বনা রা ঙাওনরিঙৈদা চঙলকপা খোক্লবদি নঙনা মহাকপু থাদোক্কদবনি।"

রাম্না য়াদুনা লক্ষ্মণবু থোঙদা মী চঙহন্দনবা ঙাক্তুনা লৈহল্লে। মমুংদা কালপুরুষকা রামগা রা ঙাওনরিঙৈদা মপান্দা দুর্ব্বাসা লাক্লে। মহাক্না লক্ষ্মণদা হায়রকই—"ঐ হুজিকমক রামগা উন্ননিংই।"

লক্ষ্মণনা খুৎ লোন্নদুনা হায়জরকই—"মুনি! ঙাইহাক্কং পোথাবিথো! থুনা লোইরক্লগনি।"

দুর্ব্বাসাদি রাম্না শাউগল্লি। হায়রকই—"থোঙদা ব্রাহ্মণবু পলহনবা, অযোধ্যা পুম্নমক তুমহল্লু হায়বরা?"

হায়দগী হৌনা দুর্ব্বাসাগী মগুণ খঙলবা লক্ষণনা খল্লকই—"প্রজা পুম্নমক মাঙখিগদবদগীদি ঐ মাঙখিবনা কৈ।" অসি খন্দুনা লক্ষণনা মুনিবু ভাইহাক্তং পলহল্লম্নগা মহুৎ চঙহুনা শ্রীরামদা পাউ হংগৎলুরে। মমৈদা খবক্ লোইরহুনা কালপুরুষগু দুর্ব্বাসাসু চৎনখ্রবদা রামনা লক্ষণ কোন্দুনা কপ্লক্রে। লক্ষণনা ময়াম্বু কোয়হুনা খুরুম্নগা, পুম্নমক্তগী বিদায় লৌহুনা তপ্পা তপ্পা খোকখ্রে। সরযু তুরেন মপান য়ৌরবদা মাগী পোক্লফম অযোধ্যাবু অমুক্তং ভল্লা য়েংলম্নগা ঈশিংদা চোংখহুনা খরায় খাখ্রে। সীতা কায়নবদগী হৌনা খরায় হায়চৎমরক্লবা রামনি। ঙসি, মমি শক্লা লোয়নরম্বা মুংশিবা মনাউ অমুক লৈথিদবা অসিদদি অভাওবগা পাংখক ওইরক্লে।

কুংলবা অরাবগী খোঙ্গাওশিং অসি শ্রীরামনা অসুম খাঙবা ভয়ক্লে ওক্লে, মসিদগী হেন্না খাঙবা ভয়বা পাংগল মুংপাল অনিমক্তা লৈত্রে। লব-কুশ অনিমক্তা লৈবাক শিন্নরে। নোংমদি ভরত, শক্রুঘ্ন লোয়নন। অযোধ্যাদগী বিদায় লৌহুনা সরযু তুরেন্দা চোংখমিম্নখ্রে। অসুম তৌনা ভাইবগু পানবগী খা ওইরম্বা রামনা ঈমুংবগুদা লুপখখ্রে।

মভাং অসিদা ঋষি বাল্মীকিনা মমিংকী পি লোয়নননা মাগী রামায়ণ মহাকাব্য লেংবা লোইশিনখি।

## বাহং

১। রামনা সীতাবু বনদা থাদোকখিবগী মরম করিনো ?

২। লক্ষণনা সীতাবু করি হায়না মরম উত্তুনা বনদা পুরক্খিবনো অদুগা কমদৌনা থাদোকলম্বনো ?

৩। রামগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী মরমদা থোকখিবা থৌদোকী মরমদা অথঙ্বা হায়য়ু।

৪। সীতানা লৈক্রক্ চঙ্খিবগী মরম করিনো ?

৫। রাম লক্ষ্মণ করম্না নোংপাখি ?

## লোইরবা

